# গীতগোবিন্দ

জয়দেব

রাজকুমার মণি সিংহ

The Gitagovinda of Jayadeva edited & transcreated by Rajkumar Mani Singh based on the English rendering by Barbara Stoller Miller which was accepted by UNESCO in the Indian Series of their Translations Collection (Oriental Classics - English and Sanskrit). Imphal, 1997.
(Price : Rs. 70)

**অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্টোবর ১৯[illegible]**
**কোপী মশীং : ১০০০**

**লাই য়েকপিবা** : শ্রী থোইদিংজম তোম্বী সিংহ
**মমল : লু:৭০**

মখুম : বাজশেখব কবিগী মনা নিপাল পানবা থম্বাল অমগী লৈরোং (রাজশেখরকমলবন্ধ:)। লৈরোং অসিগী মতেংনা ব্রাহৈগী শক্লোন শেমদুনা শৈরেং ইবা ওস্মী ।

**লাইরিক ফংফম :**
সুলোচনা পব্লিকেসন্স, শগোলবন্দ ইঙুদম লৈরক
ইম্ফাল, মণিপুব - ৭৯৫ ০০১

---

***লাইরিক নম্ফম*** : ২০০০ প্লস কম্মুনিকেসন সেন্তর, খুরাই লমলোং বাজার

# য়াওরিবা

# ফোরমগী ৱারোল

খৃষ্টকুম ১৯৮৮ দা মণিপুরী সাহিত্যগী অইবা খবা পুনশিল্লগা লিজ্বৎখিবা বাইটবস ফোবম, ইম্ফাল ঙসিদি সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লিনা শকখঙলবা সংস্থান অমা ওইবে। সাহিত্যগী সংস্থান অসি লিজ্বৎখিবগী মক ওইবা পান্দমদি অইবশিংনা মশানা ইজবা লাইবিকশিং ফোঙনবা হোৎনবদা মাযোক্লবিবা খুদোংথিবশিং অমগা অমগা তেংবাংনদুনা ফোঙনবা হোৎনবনি। অদুগীসু মথক্তা মণিপুরী সাহিত্যবু হেন্না থাক বাংখৎনবা মশুন লৈবা লাইবিক পুথোকপনি। পান্দম অসিগী মখাদা ৬াস ফাওবদা তোঙান তোঙানবা অইবাশিংগী লাইবিক ২১ ফোবমনা ফংওখ্রে। মসিগী মনুংদা শৈরেংগী লাইবিক ১২, ৱারেংগী লাইবিক [illegible], উপন্যাস ১, দ্রামা ২, নৈনবা ৱারেং লাইবিক [illegible], লমকোইবা লাইবিক ১ অমসুং ইংলিস তা হন্দোকপা খোমজিনবা মণিপুরী [illegible] লাইবিক [illegible]। শ্রী [illegible] কুমার [illegible] সিংহগী 'গীতগোবিন্দ' অসি [illegible] ২৬ শুবা লাইবিক্নি।

হৌজিক্কী ফোবমগা বাখল, মীৎযেং হেন্না পাঙথোকক [illegible] সাহিত্যগা শেংথহৌবগা অমদি বাৎহৌবরা শকতাশ [illegible] মায়বৈ [illegible] খোঙজেল চংশিল্লক্তুনা বার্কশোপ কয়া পাংথোকখ্রে। অইবশিংগা ফাইবা [illegible], মণিপুরী টার্মিনোলোজি, অথবা মতমদা পুথোক্লগা হোৎনবি। ঐখোয়গী সাহিত্যবু মপাল লমগী মীওইশিংদা শকতাক্লবা হোৎনবগী পান্দমদা শেরো অমসুং ৱারীমচা ইংলিস অমসুং হিন্দীদা হন্দোক্তুনা লাইবিক ফোঙনবা শেমশাজবি।

মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা চাওববা তাঙ্কক অমা ওইহৌবগদবা খোঙফম কয়া চংশিল্লিবা ফোবমনা সাহিত্যবু নুংশিবিবা মীযামগী খুৎতা 'গীত গোবিন্দ' অসিসু শিন্নজবি।

ইম্ফাল
১৭, সেপ্টেম্বর, ১৯৯৭ ইং

কৈশাম প্রিয়োকুমার
জেনেরেল সেক্রেটরী
বাইটবস ফোবম, ইম্ফাল

# ৱাহৈদোক

## ১

## অনুবাদকীদমক মচাক খোমজিনবা

মিল্লরনা ইংরাজীদা শৈবেং ওইনা অনুবাদ তৌনবগীদমক গীত-গোবিন্দগী শৈরেং, অরায়বা ওইনা থোকখিদে। শৈওং শৈদা ভাব রসনচিংবদা কৃষ্ণা থিজিন্দবা য়াদবগী মতাংদা মতম যাম্না চঙখি। খুৎই ওইনা অমসুং ছাপা নমথোক্লবা লাইরিকশিং অইবীনা ১৯৭১ দগী থিজিনবা হৌখি। অহানবদা মাদ্রাজ বিশ্ববিদ্যালয়গী কে, কুঞ্জুন্নী বাজানা সম্পাদন তৌবা New Catalogus Catalogaram ১৯৭১ গী লিস্ত অদুদগী চঙশিনখি।

গীতগোবিন্দগী ফোঙদ্রিবা অমসুং ফোঙলবা লাইরিকশিং মখল অনীনি—অশাংবা (Long Recension) অমসুং অতেনবা (Short Recension)। কাব্য পদ তবামঙাগুম্বনা হেন্না হাপচিনবা নৎত্রগা লৌথোকখিবা মওংদা অনী অসি খেন্নহল্লি। পদশিং অসি অযাম্বনা শৈবেংগী সর্গ (শরুক) খুদিংগী লোইশিল্লকপদা 'মঙ্গল' গী মওংদা উবা ফংঙি। অতৈ মকওইবা শরুকশিংদি মান্ননা থম্লগা, লম লমগী ওইবা মওংদা 'বাগ' গী মওং তাক্লকপদা মকওইনা খেন্নবা উই। খুৎই অবিবা অনীখক্তা 'তাল' গী মশক হাপ্পি, অতৈদদি হাপ্তে।

টিকা যাওরবা 'গীতগোবিন্দ অশাংবা' অসি 'বাসিকাপ্রিযা' 'বসকলিনশ্বকাল্লোদনি' অমসুং 'বালবোধিনী' হায়না মিংথোনবা লাইবিকশিংদা থেংনৈ। কুম্ভকর্ণগী 'বাসিকাপ্রিযা' অমসুং বেঙ্গলী বৈষ্ণবধর্মদা চৈতন্যদাসকী 'বালবোধিনী' দা কৃষ্ণা অমসুং নীংথিজনা নৈনখিবশিং অদুদা গীতগোবিন্দ অশাংবগী যুস্ফমনি। টেক্স অসি ছাপা তৌদুনা কোপী কযা মীয়াম্না পান্না পানখ্রবনি।

মযাম্না কযা খঙনদনা টিকা যাওববা 'গীতগোবিন্দ অতেনবা' অসি মানঙ্কাগী মমিং থোন্দবা 'টিপ্পানিকা' লোযননা 'সর্বাঙ্গসুন্দরী' 'শ্রুতিঞ্জনী' অমসুং 'বসমঞ্জুবী' অসিনচিংবগা মবী নকশিন্নে। গীতগোবিন্দগী খুৎই অবিবশিংগা থোইদোক্লা নকশিন্নে। কাঙলুপ অসিদা নেসনেল আর্কাইব, কাথমন্দুগী বীর লাইব্রেবীদা লৈরিবা ভুজপত্রদা ইবা খুৎই অনী অসি যাওবি। খৃষ্টকুম ১৪৪৭

অমসুং ১৪৯৬ (নেপালী কুম ৫৬৭ অমসুং ৬১৬) হায়না নেৱারী ময়েক্কা মান্নবা মওংদা ইখি হায়না খূৎই লাইরিকসিদা থারি। বোম্বে বিশ্ববিদ্যালযগী লাইব্রেরীদা দেবনাগরী ময়েক্কা চেদা ইবা খূৎই লাইরিক (খৃষ্টকুম ১৫১৫) অসিসু গীতগোবিন্দ অতেনবনি। অতৈ খূৎই লাইরিক অতেনবশিংদি লালভাই ·দলপতভাই ইন্সতিট্যুত ওফ ইন্দোলোজি, অহমাদাবাদ (খৃষ্টকুম ১৫১২), তরামঙাশুবা শতাব্দীগী গুজরাতি স্তাইলদা য়েকথোক্লবা লাই য়াওরবা পণ্ডিত বাল শঙ্কর ভট্টাজীনা খোমজিনবা খূৎইশিংদগীসু য়াওরে। ইখিবা মতম তাক্লবা খূৎই লাইরিক মরি অসিনা অইবী অসিগী 'ক্রিতিকেল ইদিসন' অসিগী য়ুম্ফমনি। ভান্দার্কর ওরিয়েন্তেল রিছার্চ ইনস্তিট্যুত, পুনাগী সম্বত ১৫৫৭, শক ১৪৪২ (খৃষ্টকুম ১৫০০) হায়না থারবা দেবনাগরীদা মমিং তাক্কনা ইরম্বা টিকা য়াওরবা চেগী খূৎই লাইরিক অদুদা হাযবল্লিবশিং অদুনা 'ক্রিতিকেল ইদিসন' অসিবু অয়াবা পীরি।

অইবী অসিনা খূৎই লাইরিক য়াঙ্খ্রেদগী হেন্না নৈনরে। লাইরিকশিং অসি ভুবনেশ্বরগী উরিষ্যা স্টেট ম্যুজিয়ম, পুরীগী রঘুনন্দন লাইব্রেরী, পুনাগী ভান্দারকর ওরিয়েন্তেল রিছার্চ ইনস্তিট্যুত, মাদ্রাজগী আদ্যার লাইব্রেরী মহিশুরগী ওরিয়েন্তেল রিছার্চ ইনস্তিট্যুত অসিনচিংবদগীনি। মখোয় অসিনা গীতগোবিন্দ অতেনববু শৌগৎলি। বরোদা, বাবানসী, কলিকতা, তাঞ্জোর, তিরুপতি অমসুং ত্রিবান্দ্রমদা লৈবা মরুওইবা লাইব্রেরীশিংনা অতেনবা গীতগোবিন্দ অসি মাইক্রোফিল্ম নমদুনা রিপোর্টকা লোয়নননা থম্লখ্রে। অইবীগী মোততা গীতগোবিন্দ অশাংবা অসি তরাতরুকশুবা শতাব্দীগীনি হায়না লৌই, 'রাসিকাপ্রিয়া' গী টিকা নৎত্রগা মদুদগী লৌথোক লৌশিন তৌরম্বা য়ায়।

মথক্তা হায়খ্রিবা গীতগোবিন্দগী লাইরিকশিং অসিগী মথক্তা 'ক্রিতিকেল ইদিসন' ওইনা মাঙজৌননা ফোঙখ্রবা অমত্তা ঙাইরবা লাইরিক্তি খৃষ্টিয়ানস লাসেন (Cristianus Lassen) না লাটিন লোন্দা টিকা তৌদুনা অনুবাদকা লোয়নননা জর্ম্মনগী বোনদা খৃ: ১৮৩৫ তা ফোঙখিবা অদুনি। মমিং অসুম্না থোল্লি:- Gita Govinda Jayadeva poetae indice drama lyricum। ৱাহৌদোক্তা লাইরিক মঙা অসি পল্লি :-

১. *চৈতন্যদাসকী বালবোধিনী - বাঙ্গালী খূৎই লাইবিক।*

২. *দেবনাগবী খূৎই, টিকা যাওদবা।*

৩. *দেবনাগবী খূৎই, মানঙ্কাগী টিকা যাওববা তিপ্পানিকাবু দ্রিপ্যানিকা হায়না ই।*

*৪. দেবনাগরী খুৎই - নর নারায়ন পণ্ডিতকী 'পদদ্যোতানিকা'গা লোযনবা।*

*৫. বাঙ্গালী খুৎই, টিকা যাওদবা।*

সংস্কৃতকী 'গীতগোবিন্দম' মণিপুরী লোনদা (মৈতৈলোন) পণ্ডিত কয়ানা হান্না হন্দোকখ্রবনি। খুদম ওইনা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মাগী 'শ্রীশ্রী গীতগোবিন্দম' (১৯৩৭), ইরেংবম গুলামজাৎ সিংহগী 'শ্রীশ্রী গীতগোবিন্দম্' (১৯৮২), ভগীরথ সিংহ শাস্ত্রীগী 'ভক্ত-কবি' (১৯৬৮) দা মতেক খরদং হন্দোকখিবা অসিনচিংবা। মণিপুর সংস্কৃত পরিষদনসু টেক্স ওইনা ১৯৮৮ দা ফোঙখ্রে। মসিগী মমাঙদা বাঙ্গাব্দ ১৩৬১ দা কলিকতাগী দেব সাহিত্য কুটীরনা বাঙ্গালী লোনদা ফোঙখিবা নৃপেন্দ্র কৃষ্ণ চট্টোপাধ্যায়গী 'চিত্রে জয়দেব ও গীতগোবিন্দ' সু বাঙ্গালী লোন খঙবা মণিপুরী পণ্ডিত কয়াগী খুত্তা লৈনখ্রবনি।

লাইরিক অসি মপূংওইনা ইংরাজী লোন্দা ইবা মখাগী লাইরিক অনীসিদা য়ুম্ফম ওইবনি :-

(১) ইউনাইটেদ নেসন্স এডুকেসনেল, সাইন্তিফিক এন্দ কলচরেল ওর্গেনাইজেসন (UNESCO) না য়াববা বারবারা স্তোলর মিল্লরগী 'দ গীত-গোবিন্দ ওফ জয়দেব' (Love Song of the Dark Lord) (১৯৭৭)।

(২) সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লিনা ফোঙবা সূনীতিকুমার চেটর্জীগী 'জয়দেব' (১৯৭৩)।

শ্রীমতি মিল্লর, কলম্বিয়া ইউনিভর্সিতিগী বার্নাদ কলেজদা ওরিয়েন্তল স্তদিজগী প্রোফেসার ওইরম্মী। প্রোফেসার দব্লিউ নোর্মান ব্রাউনগী ছাত্রী ওইরম্মী। ভারত্তা মতম কয়া কোয়না চত্তুনা সংস্কৃত অমসুং ভারতগী সঙ্গীত অমসুং কলা কয়া তমখি। ভার্ত্রিহরি, বিলহন অমসুং কালিদাসকী মরমদা নৈনবা লাইরিক কয়া ফোঙখ্রে। সূনীতিকুমারদি মণিপুরী খঙবা লমদমশিংদা নৌনা শকতাক্লিংঙাই ওইদ্রবা ভারতকী শক্লাইরবা পণ্ডিত অমনি।

## ২
## জয়দেবঃ কোয়না চৎপা কবি

'পদ্মাবতী' খুয়া থম্বালদা শৈশক্লিবা
কোয়না চৎপা অথোইবা শৈশকপা
জয়দেবনা ঋাঙাংহৈবী লাইরেম্বী'ই থৌজাল ফগুদুনা
হরিনা শ্রীবু নুংশিজরকপ'ই থবায় পেন্না শান্নবা
লীলা কয়াদ'ই লেংজরি ঈশৈ ঈপোম্নরবা ।'

গীতগোবিন্দদা য়াওরিবা কবিগী মিং জয়দেব হায়রিবসি ভারতকী পরমপরাদা শীংথানরক্লিবা ঋষি-কবি অসিবুনি । কাব্য অসিগী লাই ওইরবা নায়ক কৃষ্ণগা মিং অসিনা শরুক য়ামিন্নরি । অনীশুবা ঈশৈ 'জয় জয়দেব হরে' হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন শক্কুনা কৃষ্ণবু খুরুমজরি । (হে হরি হে জয়দেব, ওইরি নঙগী জয় ) । কৃষ্ণগী মিং জয়দেবগা কবিগী মিং জয়দেবগা মান্নহনবা অসিনা নুংগী ওইবা ফজরবা ভাব অমা ফোঙদোক্লি । অতাবশিংদা কৃষ্ণগা জয়দেবগা অমত্তা ওইখিবগী রসনি ।

গীতগোবিন্দগী ঈপোম্নরবা, ধর্মনা লমজিংলবা জীবশিংগী অথুপ্পা লীলানা জয়দেববু সাধুগী থাক্তো পুখৎখি । জয়দেবগী পুন্সি ঋারী লাইরিক কয়ানা শেংলবা পুন্সি অমা ওইহল্লি । ব্রাহ্মন শাগৈদা পোকখি, সংস্কৃতকী লেমজনিংঙাই ওইরবা ছাত্র অমা ওইখি, লোয়নননা হৈশিংলবা কবি অমা ওইখি । অদুবু নহা ওইরিঙৈনা পণ্ডিত ওইবা তোকখি, মশামক ঈশ্বরদা কৎথোকচরদুনা লম্বোইবা অমগী পুন্সি লেনখি । কোয়না চৎপা লাইনিংবা লম্বোইবা অমা ওইনা, অহিং অমদগী হেন্না উখোঙ অমত্তগী মখাদা লৈখিদে, মফম অদুবু পামজদুনা কুয়থখিবা তারবদি মাগী ঋাশক কায়গদৌরে হায়না খঞ্জখি । অসুম্না লেনবা পুন্সি অসি পদ্মাবতীগা লুহোংবদা লোইশিনখি । পদ্মাবতী পুরীগী ব্রাহ্মন অমগী মচানুপীনি, জগৎকী ঈশ্বর 'জগন্নাথ' কী য়াথংদগী ব্রাহ্মন অদুনা পদ্মাবতীবু জয়দেবগী পুন্সি লোয়নবী ওইহনখি । পদ্মাবতীনা মপুরোইবগী সেবা তৌজে । জয়দেবনা পদ্মাবতীগা লোয়নননা জগন্নাথকী সেবা

তৌজে, জয়দেবনা ঈশৈ লেংলগা পদ্মাবতীনা জগোয় শাবদগী ওইখি গীত-গোবিন্দ । অসুম ইথরকপদা কৃষ্ণনা রাধাদা নোঞ্জবকপগী অয়ৌবী মতাং য়ৌরক্লে । রাধানা মায় পাক্লে হায়বা খণ্ডহন্নবগীদমক কৃষ্ণগী কোকথক্তা রাধাগী খোঙ থম্মু হায়বগী য়াথং কৃষ্ণনা পীনিংলক্লে । অদুবু কবিনদি কৃষ্ণবু কিজবদগী ইথোকপা ঙমদরে । জয়দেব ঈরুজবা চৎখরে, মহাক লৈত্রিঙৈদা কৃষ্ণ মশামক্না মশক লোত্তুনা লাক্লগা পরেং অনী ইশিল্লরে । জয়দেবগীদমক পদ্মাবতীনা লাঙজবা লুক অদু কৃষ্ণনা হারগা লেঙখরে । জয়দেবনা হল্লক্লগা কৃষ্ণনা রাধাবু কয়ামুক নুংশিজবগে হায়বদু খণ্ডজনবগী ঈশ্বরগী থৌজাল ফঙলে হায়না খঞ্জখি

জয়দেবগী পোকফম অমসুং লাইরিক ইফমগী মতাংদা লম লমগী ওইবা খেন্নবা ৱারী কয়া লৈ । বেঙ্গল, উরিষ্যা অমসুং মিথিলাগী হৌজিক্কী পণ্ডিতশিংনা জয়দেবগী পোকফম অসি মখোয় মখোয়গী লমদনি হায় । গীতগোবিন্দদা পল্লিবা 'কেন্দুবিল্য' হায়রিবা খুঙ্গং অসি উরিষ্যাগী পুরী মনাক্তনি নৎত্রগা বেঙ্গলগী হৌজিক্কী বীরভুম জিলাগী খুঙ্গং অমনি হায়বা ৱারোল অনী ফঙই । অহুমশুবা অমনা মিথিলাগী জেনঝারপুর মনাক্তা লৈবা কেন্দুলী হায়বদুনি হায়রি । সূনীতিকুমার চেটর্জিগী লাইরিক মচা অমদা বেঙ্গলদগী জয়দেব হৌখিবনি হায়রি । অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অফংবা রেকোর্দশিংগী মতেংনা তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী অথেংবদা নোংপোক ভারত্তা জয়দেব হিংলম্মী অমসুং লাইরিক ইরম্মী হায়বসি উৎলি ।

জয়দেবনা লাইরিক ইরম্বগী মতম অসি সাহিত্য অমদি ইতিহাসকী ওইবা রেকোর্দ কয়ামুক্তগী লেপথোকপা ঙম্লে । মপুঙ ওইনা শ্রীধবদাসকী 'সাদুক্তিকর্ণামৃত' হায়বা খৃষ্টকুম ১২০৫ (শকাব্দ ১১২৭) দা বেঙ্গলদা লক্ষনসেন্না পাল্লিঙৈ মতমদা (খৃষ্টকুম ১১৭৯-১২০৫ চাওরাক্লা) ইরম্বা খোমজিনবা লাইরিক অমদা জয়দেবনা ইরম্বা শকক খরা য়াওরি । এস, সি, বেনর্জিগী প্রবন্ধদা শৈরেং পদ কুম্ত্রা ইরম্মী হায়বদুগী মনুংদা অনীনা গীত-গোবিন্দগী 'ক্রিতিকেল টেক্স' তা য়াওরে । গীতগোবিন্দদা জয়দেব মশানা অতৈ কবিশিং - উমাপতিধর, শরন, গোবর্দ্ধন, অমসুং ধোয়ীগা চাংদম্নরি । মখোয়গী ৱারোল সাদুক্তিকর্ণামৃতদা পল্লি ।

সাদুক্তিকর্ণামৃতদা য়াওরিবশিং অমসুং লক্ষনসেনগী মতমদা হক্কুনা থনম্বা নূংশিংদগী নিংথৌ অসি সংস্কৃত অমসুং বৈষ্ণব ধর্মদা পুক্নিং য়াম্না চংলম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী। অদুবু লক্ষনসেনগী রাজসভাদা গীতগোবিন্দ অসি শকখি, ইখিবদি মফম অতৈদেনি হায়না লৌবা য়ায়। মতম অদুদা বেঙ্গলদতা নত্তুনা উরিষ্যাদসু বৈষ্ণবধর্ম কন্না পাম্নরম্মী। হায়নবা লৈ, খা-ভারতকী ফাওরবা বেদান্ত পণ্ডিত অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম শন্দোকপদা লমজিংলম্বা রামানুজানা তরানিথোই শুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক্তা পুরীদা লাক্কুনা ধর্ম শন্দোকখি, মফম অদুগী নিংথৌগসু উন্নখি। নিংথৌ অসি খৃষ্টকুম ১০৭৮ - ১১৪৭ তা পুরীদা পাল্লম্বা গঙ্গা নিংথৌ আনন্তবর্মন চোড়াগঙ্গাদেব ওইরম্বা য়াই। নিংথৌ অসিগী মতমদা জগন্নাথ মন্দির অসি শাবা হৌরগা তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা পাল্লম্বা মনাও ইবুংঙো আনঙ্গভিমাদেবগী মতমদা মন্দির অসি শাবা লোয়শিনখি। বেঙ্গলগী লক্ষনসেনগুম চোড়াগঙ্গাদেবসু বৈষ্ণব ধর্ম পামজখি হায়বসি মতম অদুগী কোরী কোম্পাক্তা হক্লম্বশিংনা প্রমান তৌরি। খৃষ্টকুম ১০৮১ দা শিবগী মিং অমা ওইরিবা 'রাজরাজেশ্বর' লাৎনবা লম পীরম্বগী রেকোর্দ ফংগি, লোয়ননা খৃষ্টকুম ১১১৮ দা লক্ষ্মী লাৎনবা লম মাধব কৌবা ব্রাহ্মন অমদা পীরম্বগী রেকোর্দসু ফংগি। নিংথৌ অসিবু 'পরমবৈষ্ণব' (খ্বাইদগী অথোইবা বৈষ্ণব) হায়না অহকপশিংদা থেংনৈ। মন্দিরগী রেকোর্দশিংদা চোড়াগঙ্গাদেবগী মতমদগী হৌনা জগন্নাথপু বিষ্ণুগী খ্বাইদগী হেনবা শকওং ওইনা লাৎনরম্মী। মহাক্কী শক্তিদি মাগী লোয়নবী লক্ষ্মী নত্রগা শ্রীগী মথৌনা মরিংজেলনা ওইরম্মী।

জয়দেবগী পুন্সি খ্বারী, ইতিহাসতা থোয়না মরুওইদ্রবসু, ঐখোয়না খঙবা ঙম্লিবদি মহাক্লা কোয়না চৎলকপদা পুরী য়ৌরক্কুনা জগন্নাথ ধর্মদা পুক্নিং লুপ্লরে, পদ্মাবতীগা থোইদোকপা মরী অমা থল্লরে হায়বসিনি। গীতগোবিন্দগী টিকা তৌরম্বা পণ্ডিতশিংনা অহানবা মতমদা পদ্মাবতী অসি জয়দেবগী নুপীনি হায়না উৎনরমদে। মানঙ্কা অমসুং কুম্ভকর্ণ অনীমক্লা পদ্মাবতী নৎত্রগা পদ্মা অসি কৃষ্ণগী লোয়নবী শ্রী নৎত্রগা লক্ষ্মী, নৎত্রগা কাব্য অসিদা পল্লিবা কমলা অসিবুনি হায়না লৌখি। রামানুজাগী পাউতাক্কুগী পুরীদা বৈষ্ণব ধর্মদা পুশিল্লকপা য়াননবগীদমক জয়দেবগা পদ্মাবতীগা লুহোংবগী মতাং অসি প্রমান

ওইনা পুশিল্লম্বা য়ায় । শ্রী হায়বসি গীতগোবিন্দ কাব্যদা য়াম্না তোয়না পনবা অসিমক্না রাধাবু কৃষ্ণগী লোয়নবী গোপী অমগুম শেমগৎলক্নিবা অসি সংসারগী অৱাংবা লোনচৎ অমা শাগৎলকখিবনি । জগদীশ হায়না অহানবা ঈশৈদা পল্লিবা অসিসু 'জগন্নাথ' তগী শেমখিবনি । শম্না হায়রবদা তরানিথোইশুবা শতাব্দীদা পুরীদা 'গীতগোবিন্দ' গী ঈরাং নীংথিনা শেমগৎপ্রে হায়বসিনি ।

তরামঙাশুবা শতাব্দীদা জগন্নাথ মন্দিরদা মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরবা 'গীতগোবিন্দ' ওইখ্রে । মন্দির অসিগী 'জয়বিজয়' থোঙগী ওইথংবা শরুক্তা খৃষ্টকুম ১৪৯৯ দা হক্লম্বনি হায়বা নৃং অসিদা নিংথৌগী য়াথং ওইনা ইরি । অশম্বদি গীতগোবিন্দ নৎতনা অতৈ জগোই অমসুং ঈশৈ মন্দির অসিদা শকশোল্লোইদবনি হায়বসিনি ।

তরাতরুকশুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা বৈষ্ণব ধর্মগী মমিং চৎলবা লুচিংবা চৈতন্যনা পুরীদা লাক্তুনা লৈররে । কৃষ্ণদাস কবিরাজগী 'চৈতন্যচরিতামৃত' দা চৈতন্যনা গীতগোবিন্দবু পামজবা উৎলি । লোয়ননা চণ্ডীদাসকী বাঙ্গালী ঈশৈ অমসুং মৈথিলি কবি বিদ্যাপতিগী ঈশৈবুসু অপাম্বা উৎখি । চৈতন্যনা গীতগোবিন্দবু বৈষ্ণব সহজিয় ধর্মগী মনুংদা পুশিল্লক্তুনা বেঙ্গলী বৈষ্ণব ধর্মদা মরুওইবা মফম পীখি । গীতগোবিন্দবু নুমিদাংগী ঈশৈ ওইনা পুরীদা চহী চাতরেৎ হেন্না চৎনহনখি ।

তরাহুমদোইশুবা শতাব্দীগী লোয়রমদাইদা নোংচুপ ভারতনা গীতগোবিন্দ খঙলক্লে । খৃষ্টকুম ১২৯১ দা অনাহিল্লাপতনগী মহারাজ শারঙ্গদেব বাঘেলানা জয়দেবগী দশাবতারগী মুত্তিশিং নৃংদা হক্তুনা থমখ্রে । গুজরাটতসু বৈষ্ণব লমকোয়বশিংনা গীত গোবিন্দ শন্দোকখ্রে । খৃষ্টকুম ১৫১২ দা শায়োন তরাবু লাই ওইনা য়েক্তুনা থম্নখ্রে । অসুম্না নেপাল (খৃষ্টকুম ১৪৪৭) অমসুং মেৱারগী নিংথৌ কুম্ভকর্ণ (খৃষ্টকুম ১৪৩৩-৬৮) গীতগোবিন্দগী মতম অদুগী মমিং লৈরবা টিকাকারী ওইখ্রে (রাসিকাপ্রিয়া) ।

অসুম্না, তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা অৱাং ভারত শীনবা থুংনা জয়দেবগী নটরসকাব্য অসি সাহিত্যগী অমসুং ধর্মগী কল্লবা শাফুগা লোয়নরবা গীত-গোবিন্দ ওইখ্রে ।

৩

## জয়দেবগী শৈরেংঃ ঈপোম শাগৎলিবা মচাকশিং

'গীতগোবিন্দ' মপাম্ভোংদা চয়া ফজবা মালহল্লবসু মনুংগী মচাকশিং য়াম্না কৃপ্পি। ভারতকী সাহিত্য পরমপরাদগী মওং-মতৌ, ভাব-অনুভাব কয়া কৃপশিন্না থিদোক্লগা অথগী ভান্দার অমা শেমগৎলকপনি। কাব্য অসি নৈনরগা অনুবাদকী থবক্তা চংশিনবা তারবদি শোয়দনা থেংনগনি ভারত হায়রিবা উপমহাদেশ অসিদা মীয়াম্না পাম্লনবগীদমক কলাগী অৱাংবা থাক লোয়ননা ধর্মগী অথৃপ্পা ঈথিল পীবা ঙম্লনবগীদমক জয়দেবনা কয়াদা হৈশিংনা 'ফোর্ম' অমসুং 'থিম' অনীগী 'যুগলবন্দি' অমা শাগৎপদা মায় পাকখিবা!

মিল্লরনা চৎনরিবা ইংরাজীদা নটরসকাব্য অসি হন্দোক্লবগীদমক জয়দেবনা শীজিন্নরিবা সংস্কৃত লোন অসিগী ময়েক, ৱাহৈ, অর্থশিং অমসুং 'টেক্সচর' নীংথিনা নৈনরগা মওংতাবা অনুবাদ অমা ওইবা য়াত্রা হায়বদু চাংয়েংলি। চাংয়েং অসিদা শব্দানুবাদ (ৱাহৈগী) অমসুং ভাবানুবাদ (ঈথিলগী) অনীগী চুম্না খল ওম্বতা নত্তে। মরমদি শীজিন্নফমগী মতুংইন্না ৱাহৈনা অর্থ পুই। শৈরেংদা, ঈথিল (ফিলিং) শাগৎলিবসি ৱাহৈশিংগী মওং মতৌ, পুগদবা অর্থ, লোয়ননা ব্যাকরন অমসুং অমগা অমগা শমজিন্নবগী মরী পূম্নমক অসিদগীনি। আই এ রিচার্দকী ৱাফম অমা মতাং অসিদা পনবা য়ায় - Word and feeling are interlinked so closely that to dissect one from the other is a perilious operation. ☆ (ৱাহৈ অমসুং ঈথিল অনী অসি নকশিন্নমনখিবনা খায়দোক্লবা তারবদি খুদোংথিনিংঙাই ওইবা থৌওং ওইগনি।) অনুবাদতা ৱাহৈ অমসুং ঈথিল খায়দোক্লবা য়াদনা চৎকনি। মরম অদুনা, জয়দেবগী লোল, স্তাইল অমসুং কনসেপ্ত মতমপূম্বদা থাদোক্লবা ইয়া য়াদবনি।

---

☆ I.A. Richards, Practical Criticism (New York: Harcourt, Brace, Harvest Paperback, 1958) p.200.

সংস্কৃত সাহিত্যদা 'ক্রিয়েটিব এক্সপ্রেসন' পুম্নমক চৎনবী নিয়মগী মখাপোনবা ঙাক্তনি, লোয়ননা ব্রাহৈশিং অমদি 'ইমেজ' শিংগী অর্থ হেন্না পাকচাউনা খঙহন-উহনবা ঙম্বা অসিনি । মরম অদুনা সংস্কৃত কবিশিংনা মখোয়গী প্রতিভাদা মরৌলৈবা লোল 'ফিগরস ওফ স্পিচ' অমসুং 'ইমেজরী'শিং হৈশিংনা শিন্দোক শিঞ্জিন তৌই । কালিদাস অমসুং ভাতৃহরি নচিংবা 'ক্লাসিকেল' কবিশিংনা সংস্কৃত ব্যাকরন কৃপ্পা খঙলবা জ্ঞান লৈরবা ভাবোকশিংগী থন্দুনা ই । অদুগা জয়দেবনা খরা হেন্না পাকথোক চাউথোক্লবা মখল কয়া কয়া তিল্লবা ভাবোকশিংগী ব্রাখল তৌদুনা ই । গীতগোবিন্দদা য়াওরিবা শৈরেংশিংদা কৃষ্ণগী লাই ওইবা প্রেমবু সাধনা তৌজরগা হকথেংনবগী মওংদা রস চুপনিংবা ভাবোকশিংগী অয়াম্বা ওইনা তৌই ।

জয়দেবনা উৎনিংলিবদি কৃষ্ণ প্রেমগী বসন্ত লীলাশিং অদুগা চান্ননা সাহিত্য পরমপরাদা য়ুম্ফম অমা থোঞ্জবনি । গীতগোবিন্দ অসি সংস্কৃত সাহিত্যগী করম্বা 'ক্লাসিকেল' কাংলুপতা (genre) থমগদগে হায়বসি লুনা থোকই । কাব্য অসিগী 'লিরিশিজম' অমসুং 'ড্রামাতিক মুভমেন্ত' য়েংলুরবদি 'ননক্লাসিকেল' গী মওং তাই অদুবু জয়দেবনা 'রেলিজিয়স, ইরোতিক অমসুং এস্থেতিক মিনিং' পুথোরক্লিবা অসিদগী খঙবা ঙম্বদি মঙোন্দা কালিদাসকী ক্লাসিকেল ইপিক 'কুমার সম্ভব', 'মেঘদুত' কী মমি ফজনা তারি । জয়দেবনা 'ক্লাসিকেল লেঙ্গুয়েজ' অমদা লৈরম্বা সুর ছন্দগী মতেং লৌরগা মীয়াম্না পাম্নরবা ঈশৈশিংগী মওংদা মহাক্কী পাকচাউরবা অতোপ্পা 'ছন্দ' অমা সংস্কৃত সাহিত্যদা দান তৌরম্লে ।

গীতগোবিন্দবু 'নটরসকাব্য' (ড্রামাতিক লিরিকেল পোএম) অমনি হায়না খ্বাইদগী হেন্না ফজনা শীংথানৈ । ঈশৈশিংগী চক্র অমনি, মরক মরক্তা চীন্না থিগদবা ছন্দ নাইরবা 'ক্লাসিকেল' কাব্য পদশিংনা মতাং চানা চানা থেৎলি । কাব্য পদশিং অসি ব্যাকরন অমসুং অলঙ্কারগী নিয়মশিংনা পুন্দে । অয়াম্বনা ব্রারী লীবগী মওং, কনানা লীরিবা, করি হায়গদৌরিবা হায়বদু তাকপনি । অতৈ খরদনা ব্রারীদগী মপান থোকখ্রগা শৈরেংগী মগুন হাপ্পবা কন্না হোৎনৈ । অসিগুম্বা পদশিং অসিনা আলবুম অমদা য়াওবা অপিকপা

অয়েকপা লাই নীংশিংহল্লি অমসুং নুংঙাইহল্লি ।

'লৈখা' লিন কয়াগী শার' মবুক মনুংদা
মতম কয়া মৈচাক খাঙলুবগী মওংগুম
হৌজিক্তি মালয় চীংশাং নাপোমগী নুংশিৎনা
উনগী ঈংল-ঈপাক্তা লূপ্লবা
হিমালয় চীংদোন তম্লকলে ।
হৈনৌ য়েন্নৌ মরক্তা মপাল শাৎলম্বা উবদা
কোকিলশিংগী নুংশির' খোঞ্জেল
কনখৎলক্কি হরাওনা ।'

গীতগোবিন্দদা য়াওরিবা শুপচিল্লবা কাব্য পদশিং অসিনা কূপ্লবা বর্নন অমসুং লূরবা ৱাখলশিং য়াওহনবা ঙম্মী হায়না খল্লি । অর্থ শব্দোক্কা উৎননবগীদমক অলঙ্কার শাস্ত্র শীজিন্নরি । পদ খরদা ঈশৈশিং অসিগী অয়াম্বা শক্তম ফোঙদোক্লিবা এলিতরেসন (অনুপ্রাস) অমসুং মিহুল চোংনিংঙাই ওইবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া হাপ্লি । পদশিং অসিদা উৎলিবা উপমাশিং পূক্নিং শুমহৎনিংঙাই ওইবা মওংশিংনি ।

গীতগোবিন্দদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈগী কাংলোন অসি (Metrical pattern) খেন্নহনবা মরম্না অক্ষরবৃত্ত (Syllabic meter) তালবৃত্ত (Moric meter)অনী অসিগী মরক্তা খেন্নরিবা অসি মরুওই । মওং অনী অসিগী মরুওইবা শক্তমদি পদ অমদা শীজিন্নরিবা খোন্থোক অমমম শীজিন্নবগী চাংদা লৈরে । খরদনা তেল্লি, অয়াংবনি, খরদনা শাংঙি, অরুম্বনি । তাবদা নুংঙাইনবগীদমক পরেং অমদা 'মাত্র' (beats) কয়া হাপ্লি । অয়াংবদা মাত্র অমা ওইহল্লে, অরূম্বদা মাত্র অনী ওইহল্লি । তালবৃত্ত অয়াম্বদা 'গন' (measure)গী শাওং শেমদোক শেমজিন তৌই । 'চতুরগন' (measure of four beats) তোয়না শীজিন্নে ।

গীতগোবিন্দগী ক্রিতিকেল ইদিসনদা য়াওরিবা কাব্য পদ হুম্ফুতরানিথোই অসিগী মনুংদা অক্ষরবৃত্ত তোঙান তোঙানবা তরানিথোই য়াওরি । তালবৃত্ত 'আর্য্য' গী পদ অহূমসু য়াওরি । সংস্কৃত শৈরেংদা আর্য্য হায়বা তালবৃত্ত অসি য়াম্না পাকচাউনা শীজিন্নে । মমাংঙৈগী প্রাকৃত লোলনসু পাম্না শীজিন্নে ।

গীতগোবিন্দগী ঈশৈ কুম্মরি অসিদা মরিলৈনবা শক্লোন অহুম পুনশিন্দুনা শেমলি । ঈশৈ খুদিংদা লেপথোক্লবা শক্লোন 'ধ্রুবপদ' (refrain) পদ খুদিংগী অরোইবদা হাপ্লি । মসিনা ঈশৈগী অর্থগা কোন্নবা খোল্লৈ খোন্দাগী অরেপ্পা মওং অমা তাক্লি । পদগী অকুপ্পা ৱারোলশিং অমসুং মদুগী অর্থ চেৎশিনহল্লি । ঈশৈ অমদা ধ্রুবপদনা পদ অমগী অপূনবা শক্তম শাগৎপগুম, ধ্রুবপদশিং অসিনা কাব্যগী অপূনবা শক্তম অমসু শাগৎলি ।

ঈশৈ অমদা শক্তম ওষ্লোক ওনশিন তৌরিবসি পদ হায়রিবা অসিননি । মওং অসিদগী পদাবলী হায়না ঈশৈশিংবু খঙনখ্রে । গীতগোবিন্দদা পদ নিপাল ওইনা চৎপদগী 'অষ্টপদী' (পদ নিপালগী ঈশৈ) হায়না খঙনখ্রে ।

অকোনবা শক্তমনা ঈশৈগী অরোইবদা হাপ্লিবা অরোইবা পদ 'ভনিতা' অসিনি । ভনিতাদা কবিগী মিং, করি হায়নিং-উৎনিংলিবা হায়বদু হাপ্তুনা ভাবোক্কী পূক্লিং ফাজিন্নবা লাক্লে ।

গীতগোবিন্দগী ঈশৈদা শীজিন্নরিবা তালবৃত্তগী মওং অসিনা কাব্য অসিগী খোম্লোক শেম্মী । ঈশৈ অমগী মনুংদা অখন্নবা বৃত্ত অমনা পরেং অনী অনীদা খোম্লোক শেম্লগা, অপূনবা বৃত্ত অমনা ঈশৈ অমগা অমগা শমজিন্নহল্লি । অখন্নবা বৃত্ত খরা জয়দেবনা হৈশিংনা শিন্দোক শিঞ্জিন তৌরগা মাগী অশাংবা কাব্য অসি তাবদা নুংঙাইহনবগী থোইদোকপা শক্তি অমা উৎলি ।

গীতগোবিন্দদা য়াওরিবা খোম্লোক শেম্বগী মওং অসি 'আর্য্য'গুম্বা হান্নদগী চৎনরকপা তালবৃত্তশিংগা খেন্নহল্লি । অরুম্বা খোম্লোক লীক্লা শীজিন্নরিবা অসিনা অর্থ মপূং ফজনা ফাহল্লি । ঈশৈশিংগী অহৌবদা অমসুং পরেং লোইরকপদা 'গন' না কোল্লিবা শরুক অদুখক্তদা শীজিন্নে । মসিনা ঈশৈশিংগী মগুন ময়েক থোকহল্লি অমসুং খোম্লোক মশিঙ ককহল্লি । অসিগুম্বা খোম্লোক্কী কাংলোন (pattern of alliteration, assonance, consonance and end rhyme) অসি হান্নগী সংস্কৃত সাহিত্যদা শীজিন্নখ্রে, অদুবু গীতগোবিন্দদা য়াম্না চুশিন্নহল্লিবা অসিগুম্বদি লৈখিদ্রি ।

ময়ায় চল্লকপা মতমগী শৈরেংদা (medieval poetry), অপ্রভংশ হায়নসু খঙনবা লম লমগী লোন্দা ঈশৈগী শৈশক শৈদা অমসুং খোঙ্হোক শেম্বগী মওংগা গীতগোবিন্দগী ঈশৈগসু য়াম্না মান্নবা লৈ । নোংচুপ ভারতকী জৈন অপ্রভংশ নৎত্রগা নোংপোক ভারতকী বৌদ্ধ চার্যাপদ শৈরেং জয়দেবগী গীতগোবিন্দদা খোৎন্না খোন্দা মান্নবা শরুক খরা য়াওবদগী পিসচেল, রেনৌ অমসুং চেটর্জিগুম্বা পণ্ডিত খরনা গীতগোবিন্দ অসি অহানবদা অপ্রভংশদা লেংলগা মমৈদা সংস্কৃততা অনুবাদ তৌখিবনি হায়বা মোত ফোঙদোকই । ৱারোল অসিদগী খঙবা ঙম্বদি জয়দেবনা সংস্কৃত, প্রাকৃত অমসুং অপ্রভংশদগী হৈশিংনা শেমগৎলগা শৈরেংগী মগুন হেন্না পাকথোক চাউথোকহন্নবা হোৎনখি হায়বসিনি । গীতগোবিন্দগী ঈশৈদা খ্বাইদগী মশক নাইরিবা বৃতদি মাত্র মরি মরিনা শাবা গন তরেৎ তরেৎনা পরেং অনী শেম্বগী মওং অসিনি । অহুমশুবা ঈশৈগী অহৌবা অসিনা তাক্লি:-

ল লি ত ল । ব ঙ্গ ল । তা প বি । সি ল ন । কো ম ল । ম ল য় স । মিবে ।

ম ধু ক ব । নি ক ব ক । ব ম্বি তা । কো কি ল । কু ঞ্জি তা । কু ঞ্জ কু । তিবে ॥

◡ ◡ ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - ◡ ◡ | ◡ ◡ ◡ ◡ | - - |
◡ ◡ ◡ ◡ | ◡ ◡ ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - ◡ ◡ | - - ||

গীতগোবিন্দগী ঈশৈ কুনমরিগী মনুংদা বৃত্ত অসিনা মওং ওম্হোক ওনশিন তৌরগা ‘গন’ মরিগী খোঙ্হোক শেম্লবা ঈশৈ তরা মাপলনি, হিন্দুস্তানী অমসুং কর্নাতিক সঙ্গীত শাস্ত্র অনীমক্তা য়াওরিবা মাত্র মরি মরিনা শেমশাদুনা ছন্দগী তাল শেম্বা অদুনা গীতগোবিন্দগী ঈশৈগী মপুংওইবা শক্তমনি । গীত-গোবিন্দগী খ্বাইদগী লিরবা খুৎই লাইরিক অনীদা তালগী মতাং পন্দে, অদুগা রাগগী মতাংদি পল্লি । রাগ অদুগা চান্নবা তাল মশানা য়াওজরবনি হায়বগী মওং মাল্লি ।

ধ্রু বপদ অয়াম্বগী তালবৃত্ত, মরি লৈনরিবা পদ অদুগী তালবৃত্তগা অদুম মান্নহল্লি । শাংবা তেনবদা খেন্নবা অদুখক্তনি । ধ্রুবপদ অয়াম্বা শাংবা মান্নদবা অদুখক্তনি । ধ্রুবপদ অয়াম্বা শাংবা মান্নদবা পরেং অমা নত্রগা অনীনা শাই । ধ্রুবপদনা ৱাহৈশিং অদুদগী হেন্না লূম্না চৎলি ।

খোম্বোক্কী মতুংইন্না সুর ছন্দগী ঈপোম মখল কয়াথোক্লা গীতগোবিন্দদা শেম্লি। অনুপ্রাসনা পরেংশিংদা চাউনা থৌদাং লৌরি। হঞ্জিন হঞ্জিন ঈপোম হৌহনবা হায়বসি সংস্কৃত সাহিত্যগী অচৌবা গুন অমনি। গীতগোবিন্দদা মাত্র অমদা ব্যঞ্জন অমসুং স্বর ময়েক্কী অনুপ্রাস কয়া শেমদুনা ঈশৈশিংবু অহিংবা মুর্ত্তিগুম মথৱাই হাপ্লি। গীতগোবিন্দগী পদশিংদা অন্ত নুপ্রাস (End-rhyme) তত্তনা শীজিন্নে। বৃত্ত অমা লোইরবনি হায়বা খণ্ডননবনি। পদগী মনুংদদি অদুম শীজিন্নরবসু মমাংঙৈগী সংস্কৃত শৈরেংদা কয়া শীজিন্নদে।

মমিং লৈরবা সমালোচক আনন্দবর্দ্ধন্নদি কবি অমনা শৃঙ্গার রস পুথোক্নবা হোৎনবদা খোম্বোক হঞ্জিন হঞ্জিন শীজিন্নবা, ৱাহৈ শেমদোক শেমজিন, অনুপ্রাস অমসুং খোম্বোক মান্নবদা কাহেন্না চংশিনহন্নিংদে। অদুবু অতৈ সংস্কৃত সমালোচক অয়াম্বনদি শৈরেংবু হেন্না থোৎ-নৌহনবদা (মধুর, মাধুর্য্য) পাম্বৈশিং অসি মরুওইবনি হায়। শৃঙ্গার রস শাগৎপদা অর্থ অমসুং খোম্বোক অমনা অমবু মগুন হেঙ্গৎহনবনি হায়না কবিশিংনদি লৌনৈ।

গীতগোবিন্দদা ৱাহৈ অমসুং ছন্দ শেমদোক শেমজিন মওং কয়া থোক্লা তৌরি। বস, মধু, বিলাস হায়বা ৱাহৈশিং মতাং মতাংগী অর্থ তোঙান তোঙান পুহল্লি। বাধাগী মিং, কৃষ্ণগী মিং, মখল কয়া থোক্লা স্বগগী লমদমদগী পুশিল্লকই। কবি জয়দেবগী মিং ফাওবা কৃষ্ণগী মিং ওইহনখি। গীতগোবিন্দদা হাপ্লিবা 'শব্দলঙ্কাব'গী মখল মথেল ময়াম অসিনা ভুবনেশ্বর অমসুং খজুরাহোদা লৈরিবা ময়ায়ওইবা মতমগী হিন্দুগী মন্দিবশিংগী শাওং-শাদাশিং নীংশিংহল্লি। সুর ছন্দগী অনেম-অৱাং, ৱাহৈগী শীংথানিংঙাই ওইরবা মচলশিং—তুমখৎলিবা মন্দিরশিংগী মতোনগুম্না অৱাংবা থাক্তা লমজিংলি। মন্দিরগী গর্ভদা ঈশ্বরনা লেংশিল্লিবা অদুগুম্না গীতগোবিন্দগী গর্ভদা রাধামাধব লৈ হায়বগী মওংগুম্না কাব্য অসি শেম শারি।

৪

## নুংশিবগীদমক শীজিন্নরিবা
## জয়দেবগী লোল

অচম্বা ৱাঙাংদগী শৈরেংনা খেন্নখ্রিবসি ৱাঙাং অসিগী ৱাংমদা লৈবা শেমশারবা মওং মতৌ অমা শাগৎপদনি । জয়দেবগী শৈরেংদা ঈপোম্নবগী থৌরাং অমগা সংস্কৃতকী শৃঙ্গার শৈরেংগী চৎনরকপা লোলগা শেমশাজিন্দুনা ঈশ্বরগী গুন য়াওরবা নুংশিবগী থুপ্লবা শক্তি অদু ফোঙদোক্লবা লাক্লরি । জয়দেবনা বাধা অমসুং কৃষ্ণগী ইন্দ্রিগী ওইবা ঈখৌ লাংবগী মতৌ শীংথারদুনা শৃঙ্গাররসগী ঈরাং শাগৎলি । ঈরাং অসি কৃষ্ণ লাৎচবা ভক্তশিংদদি মঙ্গলগী মশকনি । গীতগোবিন্দগী অহৌবদা কবি অসিনা পাম জরিবদু উৎলি:

'হরি মাবু নীংশিংবনা থম্মোয় মকা লাম্নিংলবা
মীৎ পাঙহল্লবদি মাগী ঙক্লু' ঈঙ্গিৎনা
তারো 'দুদি জয়দে'ই ঈশৈ নুংশিরবা
থোৎনা মেঙল' শৈরোলনি ঈপোম্নরবা ।'

পৃক্লিংগী অমসুং ধর্মগী ওইবা ঈথক ঈপোমশিং অদু কাব্য অসিগী অরোইবা ঈশৈদা মশকনাইনা পদ অসিনা ঈঙ্গিৎ তৌরি:

'জয়দেব'ই নীংথির' ৱারোলসে নুংশিবীয়ু থম্মোইনা
চির' মতমসিদা হরিগী খুয়া অমৃতনি নীংশিংনা
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি
রাধানা।'

ভাবতকী কলা কৃষ্টি পুম্নমক্কী মনুং হুনবদা 'রস' হায়বসি লৈ । রস হায়বসিগী অচম্বা অর্থদি করিগুম্বা অমগী মহাও নৎত্রগা মনমবু মঙনৈ । শৈরেং অমা, ঈশৈ অমা, ড্রামাগী সিন অমা, নৎত্রগা সঙ্গীত সভা অমগী রস মতমচুপ্পদা লেঙদবা লৈরবা ঈহুল (স্থায়ীভাব) অমনি । সংস্কৃতকী কবিশিং অমসুং সমালোচকশিংনা নুপা নুপী অনীগী য়ুমদিন্নবগী ইখৌ লাংবা (রতিভাব) অসিগী অৱা-নুংঙাইগী শক্লোন পুম্নমক্তা লেংদ্রবা শক্তি অমসুং পূক্লিংগী মরল য়াওরি

হায়বসি খঙনরবনি । ঈখৌ লাংবসিদগী ওইরক্লিবা শৃঙ্গার ভাবনা অসি ওন্ন-তৈনবা মওংদা ফোঙদোকপা য়াই - কায়নবা (বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার) অমসুং থুংনবা (সম্ভোগ শৃঙ্গার) । অনী অসিগী শক্লোন কয়া শান্নরকপদা শৃঙ্গারগী অয়ৌবী থাক য়ৌই হায়না লৌনৈ । গীতগোবিন্দদা জয়দেবনা শান্নরিবসু মসিনি, তৌবতবু ধর্মগী পরিকর মনুংগী ভাবনাদনি ।

ঈখৌ লাংলিবা অসি ইংরাজীদা 'পেসসন' হায়না খঙনৈ । কবিনা 'পেসসন' অসি মওং কয়া থোক্লা শেমশারগা শৃঙ্গার ভাবনাদা লায়না শাগৎপা ঙম্মী । মথন্তা ওইরকপা মালহল্লি । থৌওং কয়া, মুর্তি কয়া, মরীক চুম্না শীংথাদুনা 'পেসসন'বু য়াম্না তাংলবা ঈরাং অমদা শাগৎলি । ঈরাং অসিদা পানগী ওইবা উনশাগী মহাও পোকহন্নবদি হোৎনদে । মসি অকনবা সাধনা অমনি । গীত গোবিন্দদা জয়দেবগী সাধনা লেমজনিংঙাই ওইবা ঈশ্বরমক্লা হেক পান্বীগদৌবা মওংদা তপস্যা তৌদুনা পুখৎলি । ধর্মদা নকশিল্লক্লিবসু অসিগুম্বা সাধনা অমসুং তপস্যা অসিননি ।

জয়দেবগী 'সরসবসন্ত'দা, রাধা অমসুং কৃষ্ণবু ব্রাখলনা শাগৎলগা বিভাব ওইনা শীজিন্নরগা শৃঙ্গার ভাবনা অমা পুম্নমক্কী ওইনা শেমগৎলি । নহা ওইরিবা ওইরিবী শকচু ফজরবা ফজরবী, মীৎস্না থম্বালনা লৈতেংলবা লৈতেংলবী অনী অসিনা পূক্লিং লাংলকপগী ঈপোমশিং (ব্যাভিচাবীভাব, সাত্তিকভাব) উৎথোক্কুনা কায়নবগী 'পেসসন' ফোঙদোকই । জয়দেবগী মফমদা মখোয় অনীগী কায়নবা অমসুং থুংনবদা ধর্মগী লেংদ্রবা স্বভাব - 'ঐ' 'ঐগী' গা 'নঙ' 'নঙগী' গা খেন্নহন্দবগী লেংদ্রবা প্রমান অমা শেমগৎলি । খুদম অসিনা অমুকসু মী অমসুং লাই অনীগী খেন্নবসু মাঙহল্লি ।

কাব্য অসিগী অহৌবদগী লোইবা ফাওবা কবি মশামক য়াওশিল্লিবা অসিনা কৃষ্ণগী লেমজনিংঙাই ওইরবা শৃঙ্গারদা য়াম্না পূক্লিং চেৎলবা মীশক অমা চোংথোক্কুনা লৈহনবগী নাটক অমা হাপ্লি । মসিনা ঈপোম নাইনা শীংথারকপদা পূক্লিং লাকশিন্নবা পদ থেৎচিন্দুনা ধর্মগী ঈপোম শক্তি হেঙ্গৎহল্লি ।

কাব্য অসিগী সর্গ (শরুক) তরানিথোইদা নায়ক নায়িকাগী অকূপ্পা থৌওং থৌদোকশিং জয়দেবনা ঈংনা তপ্পা শাগৎলি । রাধা কৃষ্ণগী অথূপ্পা শৃঙ্গারবু শৈথারবা মতুংদা কৃষ্ণগী অবতার তরাবু খুরুমজরে । নুংশি কায়নরবদা রাধা অমসুং কৃষ্ণ অনীনা ব্রাজখিবশিং শৈথারে । বসন্তগী মতমদা কুঞ্জবন্দা মখোয় অনী উন্নহল্লিবসি ভাবোকশিংগী মমাঙদসু ওইহল্লে । কুঞ্জগী মরুওইবা মশকসু

তাক্লে। কাব্যগী অরোইবা শরুক্তা রাধাদা উৎলিবা কৃষ্ণগী দর্শন অসিনা শৃঙ্গারগী 'একরস' হায়বদু পুথোক্লে। মতাং অসি ভগবদগীতাগী তরামাথোইশুবা পন্দুপতা য়াওরিবা অর্জ্জুনদা কৃষ্ণগী মশক তাকপা অদুগা চাংদম্নবা য়ায়। মতম শাংনা কায়নরুরবগী মতুংদা কৃষ্ণগী অৱাবনা লমজিং ওইরদুনা রাধানা 'সরসমানস' হায়বা শৃঙ্গার ভাবনাগী মহৈ চাজখি। মতাং অসিদা জয়দেবনা মশাগী অমসুং রাধাগী 'সখী' বু দুতিগী মওংদা শেমগত্তুনা রাধা কৃষ্ণ অনীগী লীলা মপুং ফাহল্লি।

গীতগোবিন্দগী অহৌবদা কাব্যগী বিষয় তাকপা মরুওইরবা পদ অমা হাপ্লি ঃ

'কুপ্লে নোংমদোনসে অমংবা নোংনা
শুক্লে উমং 'পুম্বসে তমাল পাম্বীনা
কিজবনি মাদি অহিংগী অমম্বা
পুবিখরো রাধা নঙনা মাবু য়ুমদা।''
নন্দ'ই পাউমেন্দ'ই অসুম্না পীরবা
লেঙখরে রাধা মাধব অনীনা কুঞ্জবন ফাওদুনা
যমুনা তোৰ্ব্বান্দা ইবুংঙো ইবেম্মগী থৃপ্ল' লীলানা
মঙ্গলগী মশক ওইহন্নবা হায়দুনা।'

পদ অসিদা কাব্য অসিগী মফম, মতম, নায়ক নায়িকা অমসুং অমগা অমগা মরী লৈনরিবশিং য়াম্না নীংথিজনা তাক্লে। অদুবু ৱারীগী অকৃপ্পদি 'সিম্বোলিজম' রোমদা মপুংফানা চংশিনখ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা জয়দেবগী হায়নিংলিবা ৱাফম অর্থ কয়াথোক্লা হলহন্নবগী খুদোংচাবা পীরে। হন্নরিবা অয়াম্বা অর্থদা পদগী অহানবা শরুক অসি কনানা হায়রিবনো, কৃষ্ণনা 'কিজরিবা' অহিংগী অমম্বদা রাধানা কৃষ্ণগী লমজিংবী করম্না ওইরিবনো হায়বা অসিদনি।

ৱারোল অসি কৃষ্ণ[১], রাধা[২], নন্দ[৩], সখী[৪] গী মরক্তা অমনা ওইবা য়ায় হায়না পণ্ডিতশিংনা তোঙান তোঙানবা মোত পীনরী।☆ মতাং অসিদা জয়দেবগী অপাম্বা থওইনা লোৎশিল্লবনি, অর্থ কয়া থোক্লা হন্নখিনবগীদমক। হায়নিংলিবদি কৃষ্ণনা রাধাবু পামজবা অদুনা মপুঙনি।

গোপশিংগী লুচিংবা নন্দনা রাধাদা পাউমেনবা ওইরবদি কৃষ্ণনা অঙাং



ওইবনা অমম্বগী কিজবা অদু ফোঙদোকই । রাধানা মথন্তা... হুজবা ওইরগনা... ইনখৎলক্লিবা প্রেমিক অমনা মাগী প্রেমিকাদা নকশিল্লক্কদবগী... কিজবা উৎলি । কৃষ্ণ মশানা হায়বা ওইরগনা রাধাবু চেৎনা নকশিন্নবগীদমক নাকোইনবা প্রেমগী লোল শীজিন্নবনি । ব্রাহন্দোক ময়াম অসি পুল্লপ পূনশিল্লগা অমুক ওইবা য়ারিবা অমনা কলিযুগকী অকিবা শক্তম ফোঙদোকই, রাধা অমসুং কৃষ্ণ অনীনা 'মিলন' ওইরবদা অকিবা অসি কোকখিগনি অসিনি ।৫

বনগী অহিংগী অমম্বা অসি খোম্বোক অমসুং প্রমান পাম্হে মরাং কায়না শীজিন্নদুনা কাব্যপুম্বদা নীংথিনা শীংথাই । অসিগুম্বা অথুপ্পা অমসুং কামগী ঈরাং শাগৎপা মওং মতৌশিং অসিগী মরক্তা রাধা অমসুং কৃষ্ণ অনীগী শৃঙ্গার লীলা মপূং ফাহল্লি, মতম শাংনা কায়নরুরবগী মতুংদা অমুক থুংনবনা লোইশিল্লে । বনগী লম্বীদা জয়দেবনা রাধা মাধব কৌজরিবা অনীনা জোরা শেমদুনা চৎমিন্নরে । কায়নবা অমসুং থুংনবা অনীমক্তা অনীমক্কী মায় পাক্লে । মসিনি গীতগোবিন্দদা জয়দেবনা উৎনিংলিবা । কৃষ্ণবু রাধানা পুরিবা 'য়ুম' দি কুঞ্জবনবুনি, মফম অদুদা কায়নরুরগা অমুক থুংনফমনি, ঈশ্বরগী প্রেমশক্তিনি ।

---

*☆ ১. কুম্ভকর্ণ (মহাক্লা 'নন্দনিদেশত' বু 'নন্দসমিপত' নি, শৃঙ্গারগা ভয়ানককা পুনশিনবনি হায়রি ।)*

*২. মানঙ্কা (রাধাগী স্বাগতমনি, নুংশিমন্দুনা হায়বনি, নন্দবু নত্তে ।)*

*৩. সুনীতিকুমার চেটর্জি (অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণনা নুমিদাংবাইবমদা নন্দগী মতুংইনবনি । অদুগা কিজবকপনি) । শঙ্কর মিশ্রসু মোত অসি য়ায় ।*

*৪. চৈতন্যদাস (রাধাগী সখীনা নুংঙাইনবা হায়রিবনি (আনন্দ); কৃষ্ণবু য়োক্লিবা নন্দ য়াওহন্দ্রে, সখীনা শীনম্রে ।)*

*৫. বৃহদরান্যকা উপনিষদ*

## ৫

## কৃষ্ণ : জগৎকী শনঞ্জেনহা নুংশিথোইরবা

কৃষ্ণ 'মিথোলোজী' অমসুং 'লিজেণ্ড' মতম কয়াগী মমাঙদগীনি, মহাভারত মহাকাব্য অমসুং পৌরানিক সাহিত্যদগী মথং মথং লেপ্তুনা শেমগৎনরকপনা 'কৃষ্ণ সাহিত্য' য়াম্না পাক চাউখ্রে । কৃষ্ণবু লাইগী থাক্তা থাঙ্গৎখিবদি মহাকাব্য সাহিত্য লাকপদগীনি । মহাভারত অমসুং হরিবংশ মহাপুরান্দা মাগী পুন্সি মপুংফানা য়েকই, লোয়ননা বিষ্ণুগী অবতার অমনি হায়বা প্রমান তৌই । মহাক্কী থবকশিং পৃথিবীদা মতম কৃয়নগী ওইনা পাকশন্না শন্দোকই । মঙোন্দা হাপচিল্লিবা লাইরোল তীল্লোনগী ৱাবীশিং য়াম্না কৃপ্পী অমসুং মী অমগী থাজবগী ৱাংমদা থৌদোক ৱাথোক কয়া লোয়নহল্লি । মহাক্লা মথুবাদা পোক্লগা গোকূলদা থৈখিবা, মাগী মামা কংসগী লাংদগী গোপা গোপীশিংগী মরক্তা থৈরকপা, অঙাং ওইরিঙৈগী চন্না ঙাওরবা শাজৎ ব্রজগী গোপীশিংগা বনদা প্রকৃতি পুকষকী মওংগুম অচীকপদা শান্নমিন্নখিবা, হিংচাবা হিংচাবী কয়া মায়থিবা পীরগা কংস ফাওবা হাৎলকপা, মহাভারত্তা পাণ্ডবগী মীচংদা হৈশিংলবা শাজৎ চৎখিবা, ভগবদগীতা পুথোকখিবা অসিনচিংবা কয়াদগী কলি যুগকী খ্বাইদগী চাউরবা লাই অমা ওইখি ।

থায়না মমাংঙৈদগী হৌনা ভারতকী সংস্কৃতিদা মিংথোল কয়া পীশিন্দুনা লাই নীংবা অসি চৎনরকই । মিংথোল খুদিংগী ৱারী অমদি শোয়দনা লৈরে । অসুম্না হিন্দুশিংনা 'সহর্সনমস্তুতী' লাই অমদা মিংথোল লিশিং লিশিং পীশিন্দুনা খুরুম্মী ।

গীতগোবিন্দদা পুশিল্লিবা কৃষ্ণগী মিংথোলশিংসু মশিঙ য়াম্মী । অদুবু ভগবতগীতাগী ভগবত, লোয়ননা ধর্ম, ভক্তি অসিনচিংবশিং অসিদি শীংথানিংঙাইনি । গীতগোবিন্দদা শীজিন্নরিবা কৃষ্ণগী মিংথোলশিং মখাগী অসুম্না পনবা য়ায় :(১) মাধব (২) বাসুদেব (৩) হরি (৪) কেশব (৫) জগদীশ (৬) দশবিধরূপ (৭) জয়দেব (৮) হংশ (৯) মুরারী (১০) পীতাম্বর (১১) বনমালী (১২) গোবিন্দ (১৩) কেশিমথনা (১৪) কংসারি (১৫) উপেন্দ্র (১৬) নারায়ণ (১৭) যদুনন্দন (১৮) কৃষ্ণ ।

দশবিধরূপ (শায়োন তরা) কী মনুং চল্লিবদি :-

(১) মীনশরীর (ঙাগী মওং), (২) কূর্ম্মশরীর (থেঙ্গুগী মওং), (৩) শুকররূপ (ওক্কী মওং), (৪) নরহরিরূপ (৫)বামনরূপ (৬) ভৃগুপতিরূপ (৭) রামশরীর (৮) হলধররূপ (৯) বুদ্ধশরীর অমসুং (১০) কল্কি শরীর।

মিংথোলশিং অমসুং শায়োনশিংগী শাংল শাংলবা ৱারীশিং মহাপুরান অমসুং পুরান, উপনিষদনচিংবদা নীংথিনা নৈনখ্রবা ঙাক্তনি।

কবি জয়দেবনা থৱাই তাজরিবা কৃষ্ণদি রাধাগী মনাক্তা জগৎতা খ্বাইদগী কন থৌরবা, মতীক মগুন ৱাৎত্রবা, লাই ওইরবা নায়ক অমা পুশিঞ্জদুনা প্রকৃতি পু রুষ অনীগী লীলা, জগৎকী মপুদা কৎচবা অসিনি। অসিগুম্বা নায়ক অসিদা যমুনা মপানগী থৌদোক থৌরমশিংনা কনবসু মপা লৈতবা, থোৎপসু মপা লৈতবা চরিত্র অমা শেমগৎলি। মাগী বাঁশী কামদেবগী লীরুংগুম্মী। শুমহৎয়াই পুই। শরৎ পূর্ণিমাগী রাসলীলা বাঁশী অসিগী ঈথিন্নি। বৃন্দাবনসু শুমহৎলি, যমুনা তুরেলসু শুমহৎলি, ব্রজগোপীশিংদা নৎতনা। শরৎ পূর্ণিমাগী রাসতদি গোপী খুদীংগী কৃষ্ণ অমমমনি। মীত্রং হৈবা কৃষ্ণনি। রাধা অমসুং কৃষ্ণ অনীগী বসন্ত রাস মগুন হাপকৎনবগীদমক শরৎ পূর্ণিমাগী রাস শান্নখিবনি। বসন্ত হায়বা ঋতু অসিদি ভারতকী পরমপরাদা নুংশিবগী লাই কামদেবগী তৎনবা য়াদ্রবা মরুপনি।

হিমালয়গী মচানুপী পার্বতীবু ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা শিবদা থাজনবগীদমক কামদেবনা লৈগী তেন কাপ্তুনা শিবগী ধ্যান কায়হনখি, শৃঙ্গারগী ঈরাং পোকহনখি। শাউরবা শিবনা কামদেবগী হকচাং উৎ ওইহনখি। শৃঙ্গারগী শক্তি মগুন লৈ হায়বা উৎলিবা ৱারীনি। রাধাগী মতাংদদি কৃষ্ণ শৃঙ্গারগী চৈনাসু ফংলে, শৃঙ্গারগী লেঙদবা মুর্ত্তি অমসু ওইখ্রে। অসিগুম্বা শেংলবা শৃঙ্গারগী ৱারী অরিবশিংদগী জয়দেবনা খোমজিল্লগা রাধা কৃষ্ণ অনীগী প্রেম লীলা শাগৎলি। হিংলিবা জীব পূম্নমক্না কৃষ্ণগা করি মরী লৈনবগে হায়দুনা মাগী শায়োন তরা অসিনা উৎলে। অদুগা, মীওইবগা করি মরী থল্লিবগে হায়বদু বাঁশী পায়বা শঞ্জেনবা অমগী শক্তম পুথোক্তুনা উৎলে। রাধাগা লাই ওইবা কৃষ্ণগা শৃঙ্গার শক্তি পুথোক্তুনা শান্নবনা মী অমখক্না ধর্মগী মায়কৈদা কয়া কন্না নকশিন্নবা ঙম্বগে হায়বদু উৎলে।

লাইগী শক্তি য়াওরবা প্রেমিক অমা ওইনা কবিনা লাৎচরিবা শক্তম অমা ওইনা কৃষ্ণনা 'শৃঙ্গাবমুর্ত্তিমান' অমা ওইনা লাংওনবিরে, ' একরস' কী অথূপ্পা গুন ফোঙদোকপিবে । সংস্কৃত নাটক অমসুং শৈবেংদা শাগৎলিবা শৃঙ্গাব রসকী শকওংশিং অদু কৃষ্ণনা রাধাগী মতেং লৌদূনা জগৎতা উৎলে । ভরতকী 'নাট্যশাস্ত্র'দা কৃষ্ণবু নায়ক অমগী চপচাপা থাক্তা পুখৎলে, মিংথোল কয়া পীরে - কান্ত (পামুবা, পামুবী) দয়িত, প্রিয়, বল্লভ, কিতব, শঠ অসিনচিংবা । মিংথোলশিং অসিনা শৃঙ্গার প্রভাবকী মখল কয়াগী শকওং পুথোক্লিবনি । জয়দেবনা হীরমশিং অসি কায়দনা গীতগোবিন্দদা কৃষ্ণগী চরিত্র মায়পাক্লা শাগৎলি ।

## ৬
## রাধাঃ কৃষ্ণগী বসন্ত মতমগী চান্নথোইবী

অঙনবা ভারতকী সাহিত্যদা 'রাধা' খ্বায়দগী হেন্না ময়েক শেংদবা চরিত্রশিংগী মনুংদা অমনি । জয়দেবনা গীতগোবিন্দগী নায়িকা ওইনা পুথোরক্লিঙৈগী মমাংদা অরিবা লাইরিক লাইশুশিংদা খর খরদং পল্লম্বা নত্তনা মপুঙফাবা শক্তম অমা ওইনা থিগৎপদা লুনা থোকই ।

গীতগোবিন্দদা রাধা য়ুমপাল্লবী নুপী অমা নত্তে, অদুগা খুঙ্গংগী শান্নমিন্নবী কৃষ্ণবু লাৎচবী নুপীমচা অমসু নত্তে, মহাক্তি কৃষ্ণগী চান্নথোইরবী ৱাখল চপ য়ুংবী, নাইতোম লেপচবী অমসুং থোঙ্গনা লিংজেলখাবী নুপী অমনি । মহাক্লা কৃষ্ণগা গোপী ময়ামগা রাস শান্নমিন্নবদুদা খোইদারুদে, অচীকপদা মথন্তগা কৃষ্ণগা লোইনজনিংবীনি । গোপী ময়াম অমুক হন্দোক্লল্লগা রাধাগী মনাক্তা কৃষ্ণ লৈখি । অনী পূল্লে, অমনা অমগী মথক্তা 'জয়' ওইনরে । জয়দেবগী ৱাখলদা কৃষ্ণনা গোপী ময়ামগা রাস শান্নজবগা রাধা মথন্তগা অথুপ্পা পূম্নমক্কা লোয়ননা হেন্না নুংঙাইনা শান্নখিবা অসিনা কৃষ্ণ প্রেম অসি খ্বাইদগী হেন্না মপুংফারবনি হায়না লৌনৈ ।

জয়দেবগী নায়িকা রাধা হায়বা মিং অসিগী মরমদা থিজিন্নিঙাই ওইবা মচাক কয়া ফংঙি । রাধা হায়বসিদগী রাধিকা হায়বা মিং অসিসু লোয়নরকই । গীতগোবিন্দদা, রাধাবু কৃষ্ণগী মমাঙগী লাইগী শায়োনশিংদা চান্নথোইবী কয়াগী মিংগা অমত্তা ওইনা শীজিন্নরি । মখোয় অদুদি শ্রী, পদ্মাবতী, কমলা, পদ্মা অমসুং লক্ষ্মী । বেদ অমসুং পুরান সাহিত্যদা রাধ হায়বা ধাতুদগী শেন্নকপা ৱাহৈ 'রাধস' অসিগী অর্থদি 'মপৃংফারবা' 'মায়পাক্লবা' অমসুং 'লন-থুম' হায়বা ফাওবা খঙনরে । বেদগী লাই ইন্দ্রবু রাধস্পতি (মায়পাকপগী লাই) হায়না কৌনরিবসিদগী রাধস হায়বসি ইন্দ্রবুনি হায়বা তাক্লি । মহাভারত অমসুং পুরান কয়াদা ইন্দ্রগা বিষ্ণু/কৃষ্ণগা শক্তি তান্নরকপদগী বিষ্ণু/কৃষ্ণনা লাকশিনখিবগী ৱা ইরি । লাকশিনখ্রিবশিং অসিগী মনুংদা দুর্বাসা মুণিগী শাপতগী ইন্দ্রদগী খায়নখ্রবী শ্রীগী মতাং য়াওরি । মমৈদা সমুদ্র-মন্থল (সমুদ্র-নৈবা) গী মতমদা বিষ্ণুনা শ্রীবু লৌশিনখি । অদুগা রাধস্পতি (রাধস হায়বনা নুপা খঙনৈ, রাধা হায়বনা নুপী খঙনৈ ) গীত গোবিন্দ ইদ্রিবৈগী মমাঙদা শ্রী/লক্ষ্মী অমদি বিষ্ণু/ কৃষ্ণ অনীগী জোরা অসি রাধা কৃষ্ণগা চপমান্নবা থাক্তা থম্নখ্রে ।

অতোপ্পা নৈনবা অমদা অতিয়াগী থৱানমিচাকশিংগী বেদগী ৱারীশিংদা লাই পৃম্নমক্কী শক্তম উবা ফংঙি । অথর্ব্ব বেদদা বিশাখা কৌবা থৱানমিচাক অনীগা মরি লৈননা রাধা হায়বা ৱাহৈ পল্লি । মমৈদা রাধাবু ইন্দ্রগা মরি লৈনরিবা থৱানমিচাক কাংলুপ 'নক্ষত্র' গা মরি লৈনহল্লি । ইন্দ্রবু গোপা (শঞ্জেনবা) কৌই, বিশাখাগা মরি লৈনহল্লি । তৈত্রিয়া ব্রাহ্মন পুরান্দা মরুওইবী বিশাখা অনীবু নুপাগী শক্তম লৌরিবা নক্ষত্রশিংগী লোইনবী (অধিপত্নী) ওইনা ই । নক্ষত্র অনীদি ইন্দ্র অমসুং অগ্নিনি, মখোয়বু খ্বাইদগী হেন্না হৈথোই শিংথোইবা গোপা অনী হায়না খঙনৈ । তৈত্রিয়া সংহিতাদা মৈ শেমগৎলকপগী মতাংদা (অগ্নিচয়ন) চেক্কী মরোলশিং, নুপীগী কাংলুপ, লাইনুপা অনীগা থংন থংননা শেমগৎখিবগী ৱা য়াওরি । নুপী বিশাখাগা লাইনুপা ইন্দ্রগা অগ্নিগা জোরা শেমখি । ৱারীশিং অসিদগী ইন্দ্রবু 'মায়পাকপগী লাই (রাধস্পতি)' মথন্তনি হায়না খঙনখি ।

তৈত্রিয়া সংহিতা অসিমক্তদা খ্বতু কয়া থা অনী অনীনা শাবগী মরোল

য়াওরি। বসন্তগী থাশিংবু মধু অমসুং মাধব হায়না কৌই। মহাভারত্তা বিষ্ণুবু নক্ষত্রিন (থৱানমিচাক চবুনগী মবুংঙো) মিংথোল ওইরিবা মধু অমসুং মাধব হায়না পল্লি। মহাকাব্য অমসুং কোন্নগী সাহিত্যদা কৃষ্ণবু মাধব হায়না নীংথিনা খঙনখ্রে। নুপীগী শক্তম লৌরিবা থৱানমিচাক কাংলুপ কয়াবুসু কৃষ্ণ হায়বা মিং অসিগা মরি য়াম্না লৈনহনবা য়াওই। মঙাশুবা শতাব্দীদা, রিছার্চর খরনা বিশাখা হায়রিবা থৱানমিচাক্কী কাঙলুপ অসি রাধা হায়না খঙনৈ হায়না ফোঙদোকখ্রে, অদুবু অথর্ব্ব বেদগী 'অনুরাধা' হায়রিবসিগদি অমুক খেন্নরি। অদুমকপু বিশাখা হায়বসিনা বসন্তগী থা অমা ওইদুনা রাধা অমসুং মাধব অনীগী মরী অমা পুশিল্লক্লিবসিদি য়াম্না চুশিন্ননা থোকই। রাধাদা শক্তি অনী য়াওরি, অমনা লক্ষ্মী (মায়পাকপগী শক্তি) অতোপ্পনা শিবগী পার্বতীগুম্বী (মহৌশাগী শক্তি)। শক্তি অনী অসিদগী কৃষ্ণগী চান্নথোইবী ওইবা তাখি।

পুরানশিংদা য়াওরিবা ৱারোলশিংদা য়েংননিংঙাই ওইবা মতাং কয়া থেংনবনা রাধা অমসুং কৃষ্ণগী অশেংবা হৌরকফম অমসুং মতম পুথোকপদা অৱাবা কয়া লৈরি। অদুমকপু অচৌবা পুরান খরদা রাধা অসি অমুক য়াওবা, অমুক য়াওদবা তৌরিবসি ৱাফম অসিগা য়াম্না মরি লৈনরিবনি। তরাতরুকশুবা শতাব্দীগী বৈষ্ণব ঋষি চৈতন্যগী সেবক গোস্বামীশিংনা চৈতন্য অসিমক রাধা কৃষ্ণ অনীমক্কী পুনশিল্লবা অবতার অমনি হায়না লৌই। রাধাবু বৈষ্ণব সমাজদা লিরবা অমসুং ৱাংলবা থাক্তা থম্মনবগীদমক পুরান সাহিত্য কন্না নৈনখি। মৎস্য পুরান, লিঙ্গ পুরান অমসুং বরাহ পুরান্নচিংবা অরিবা পুরানশিংদা রাধাগী ৱাফম নীংথিনা পল্লি। ব্রহ্মবৈবর্ত অমসুং পদ্মা পুরানদা রাধা ফজনা নৈনৈ। সমালোচক খরগী মোততা চৈতন্য ধর্ম শন্দোক্লবা কোন্না শেমগৎলকপনি হায়বগী চিংনবা ফোঙদোকই। হরিবংশ পুরান্দা বিষ্ণু পুরান্দা নৎত্রগা ভাগবত পুরান্দা রাধাবু ময়েক শেংনা ইদে। ☆ অদুমকপু ভাগবত পুরানগী তরাশুবা স্কন্ধদা কৃষ্ণনা কনাগুম্বী গোপী অমবু লাৎলি নৎত্রগা খৌরাংঙি (অরাধিতা) হায়বসি য়াওই। গোস্বামীশিংনা অরাধিতাদগী রাধা ওইরকপনি হায়না ব্যাখ্যা তৌদুনা ভাগবত পুরান্দা রাধাগী ৱাংলবা ফমফম থম্মী।

---

☆ "Evolution of Love Symbolism in Bhagavatam" by Charlotte Vaudeville

ভাগবত পুরান নীংথিনা নৈনবশিংনদি ৱাফম অসিদা অয়াবা ফোঙদোক্তে। মরমদি কৃষ্ণগা রাধাগা লোন্না অচীকপা মফমদা কাম লীলা শান্নবা হায়বসি ভাগবত পুরানগী উদ্দেশ্যাদা য়াওদে, লাই ওইনা লাৎপদা পূক্লিং মকা লাম্লিংঙাই ওইদে । মসিগা হায়রপ মান্নবা অরিবা তামিল সাহিত্যদসু মতাং অমা লৈ। মতাং অসিসু ভাগবত পুরান্দা পন্দে। ৱারীদি নন্দগোপালগী মচানুপী নৎত্রগা মমৌনুপী নাপ্পীন্নাই কৃষ্ণগী নুপীনি । নুপী অসি বিষ্ণুগী লোয়নবী নীলাদেবীগী শায়োন্নি। প্রাকৃত অমসুং সংস্কৃত সাহিত্যদা নাপ্পীনাইদগী রাধাগী মওং মতৌ শেমগৎলম্বা য়ায় । অদুবু চরিত্র অনীসিদি অমগা অমগা মান্নদে। 'করুবাই' জগোয়দা কৃষ্ণনা মাগী নুপী নাপ্পীন্নাইগা শার্মিন্নে, অদুগা রাধা কৃষ্ণগী মরী অসিদি অথূপ্পনি, কাম লীলানি । জয়দেবনা গীতগোবিন্দদা শাগৎলিবা রাধা অসি অকক্লবা সাহিত্য খরদগী মান্দে । সাহিত্য কয়ামুক্তগী খোমজিল্লগা মপূং ফাহল্লকগুম তৌই ।

খুদম খরা মখাদা পীরি :-

হলাগী 'সত্তাসাই' দগী (অহানবদগী তরেৎশুবা শতাব্দী ফাওবদা ইখিবশিং)

কৃষ্ণ, নঙগী নচীনগী স্বরনা
রাধিকাদগী ষনগী উফুল কামথোক্লুবনা
অতৈ গোপীশিংনা নঙবু ৱাংনা থাঙ্গৎচবা
ব্যবহার অদু নহাক্না মাঙহঞ্জরে ।

বাকপতিগী 'গৌরবাহো' দগী (অথেংবা তরেৎশুবা নৎত্রগা থংনবা নিপালশুবা শতাব্দী)

নহাক্কী অনাবদো রাধাগী খুজিল মফম্না লৌথোকসনু
মাগী খুজিল মফমশিংদি ৱাখল য়াম্না থোকপনি
কৃষ্ণগী থবাক্তা ঙাম্থোইরি মথোয়না
মাগী ওক্লবা কৌস্তুভ মণিগুম ।

ভট্ট নারায়নগী 'বেনীসংহার' দগী (খৃষ্টকুম ৮০০গী মমাঙ)

রাধিকাগী নুংশি ব্রাখল মাঙখরে চুম্ন শান্নরম্বদগী ব্রারৌরক্তুনা
যমুনাগী লৈঙোই তোৰ্বানথক্কী রাস জগোয়দা ।
রাধিকানা পিরাংনা থুমহৎলদুনা চৎখ্রবদা
কংসগী য়েক্লবা অদুনা মহাক্কী মতুং ইনবদা
রাধিকাগী খোঙ্গুলশিং মাগী খোঙফম্না শোক্লবদা
রাধিকাগী তপ্লবা নুংশি মীনোক উরুবদা
মাগী হকচাং তুজুংনখরে ।
কৃষ্ণনা মরাল লৈজদে হায়জরবদা নঙগী মঙ্গল ওইবিয়ু ।

☆ ☆ ☆ ☆

আনন্দবৰ্দ্ধনগী 'ধ্বন্যালোক' তগী (মাপলশুবা শতাব্দীগী ময়ায়)

হায়য়ু ইতা, যমুনা তোৰ্বানগী কুঞ্জশিংসে
গোপীশিংগী হরাও তয়ামজবদা
রাধাগী নুংশি শাক্ষি ওইবদা
নীংথিনা অসুম লোয়নখিগদ্রা ?
হৌজিক্তি কান্নদরে মখোয়না উরী উনা থৎলুবা
নুংশি শয্যা শেম্মনবগীদমক
মখোয়গী তনৌজবা অদু মাঙখ্রগনি কিজরে
মখোয় অসে লিশিল্লক্লে কনশিল্লক্লে ।

☆ ☆ ☆ ☆

হে থৌজাল হৈবা নুংশিবা, রাধাবু ফাজিনবদা ব্রারক্লে
অশেংবা নুংশি খ্বাংচেৎ ফিজোল খরনা
নঙনা তৈথোক তৈথোক্লগা মাগী পিরাং শিষ্ণুবা হেল্লক্লে ।
'নুপীগী থম্মোয় অকনবনি চিরোল অদু ওকচরে,ইনাক্তগী চৎপিখরো' ।
অসুম্না হায়খি মহাকপু হরিনা থেমজিনজগে হোৎনরুবা খুদিংদা
মহাক্লা নঙগী মঙ্গল পীনবিসনু ।

অভিনবগুপ্তগী 'ধ্বন্যালোকলোচন' দগী (তরাশুবা শতাব্দীগী অঙনবা)

অদুগী তুংদা মধু হিংচাবগী য়েক্লবনা দ্বারবতীগী নাক্তা চৎখ্রবদা

রাধানা যমুনা তোর্বান্দা হৌরিবা নৌরবা উরী অমা কোল্লুই,
উরীনা নীক্লিবা অদুগী মওং হাইরপ মান্না
রাধানা তেংথাজবদো
পিরাংনা থুমহৎলবা নীক্লবা খোঞ্জেল অদুনা
ঈশিংদা শান্নরিবা উচেকফাওবসু কপ লাউনখি ব্রাজবনা ।

রাজশেখরগী 'কাব্যমিমাংসা'দগী (অথেংবা মাপলশুবা নৎত্রগা অঙনবা তরাশুবা শতাব্দী)

'তুল্যদেহীতুল্য' হায়বা মীশক অনী মান্নহনবগী কল্পনা কবিনা শীজিন্নবগী খুদম ওইনা:

ব্রারৌরবী পার্বতীদগী কায়নরবদা
মাগী যোগগী স্বর সাধন কায়খরে
নাকোংদা লৈরিবা লিন্না লেক্তুনা শান্নরে
থাজনা পীরিবা অহিংবা মাঙখরে
মহাক্কী য়েৎথংবা নাতোন্দগী থোরক্লিবা
নঙবু ঙাকথোপিসনু শিবগী অব্রাবা স্বর অসিনা ।
উৎতৈরবা মাগী হকচাংদা ময়ি কয়া শেম্লক্লিবা
অব্রাবা অসি উবদা মাগী পৃক্লিং খোয়রাংলে
রাধাগী প্রেমবু হরিনা নীংশিংলুবদা
লাইরেম্বী শ্রীনা কল্লক-মীহৌনা তাগ্রবদা
হরিদা নুংগী মৈ হৌখরে
খোইদৌ থম্বাল ফুকখরে
থবাক্কী লৈপরেং কংখরে
থোরকপা মৈশানা অমুক চীংশিনবদা
আনন্ত শয্যা নীকখরে
নঙবু ঙাকপিসনু হরিগী অব্রাবা স্বর অসিনা ।

খ্বাইদগী হেন্না লীরবনি হায়না খঙনবা সংস্কৃত চম্পু কাব্য অনীদা রাধাগী মিং য়াওরম্বসি মরুওইবা অমনি । অদুবু দময়ন্তীকথা (অঙনবা তরাশুবা

শতাব্দী) দা অমুক্তুং পল্লি, অদুগা য়সত্তিলকাচম্পুকাব্য (খৃষ্টকুম ৯৫৯) দা অমুক্তুংগা পল্লি । শুগায়বা ৱারোলদি য়াওরমদ্রে, চুম্নগী মতাং মতেক অমা নীংশিংনবা ওইনা তৌই । য়সত্তিলকাদা ইচম চম্না হায় - 'অসুম্ননি মমাংঙৈগী গঙ্গানা মহেশ্বরগা রাধানা নারায়ণগা বৃহস্পতিগী নুপীনা থাগা, তারানা বলিগা শান্নমিন্নখিদবরা?'

মালৱাগী পরামর নিংথৌ বাকপতী মুঞ্জা (খৃষ্টকুম ৯৭৪, ৯৮২, অমসুং ৯৮৬) গী অহকপা নৃংশিংদা শৈরেং অনী অমনা পার্বতীগী মবুংঙো শিববু থাগৎপা অদুগা অতোপ্পনা রাধাগী নীংবা কায়জবা (বিরহ) ফোঙদোক্নুনা কৃষ্ণবু থাগৎপা হাপ্লম্মী । কৃষ্ণগী মতাং অসুম্ননি ঃ

মুরা হিংচাবগী য়েক্লবা মাগী কল্লবা পাঙ্গলনা নঙবু ঙাকপিসনু ।
লক্ষ্মীগী মায়থোংনা মাবু পেলহনবা ঙমদরে
সমুদ্রগী ঈশিং পৃম্বনা মাবু ঈংহনবা ঙমদরে,
মশাগী খোইদৌ পাৎকী থম্বালনা মাবু তপথহনবা ঙমদরে
শেষনাগগী মচিন লিশিংগী মনম নুংশিরবা স্বরনা মাবু ফহনবা ঙমদরে
রাধা কায়নবগী মৈচাক্লা অশুক কন্না নাখরে ।

ভোজগী 'সরস্বতীকন্ঠাভরন' (খৃষ্টকুম ১০০০-৫৫) দা 'কবিনামক্ষস্তপত্রবনু' কৌবা ৱাহৈগী শক্লোন শেম্নবগী শৈরেং অমা লৈ । রাজশেখর কৌবা কবি অমগী শৈরেং অমদা মকোক্তগী নৎত্রেগা মমৈদগী পাবা য়াবা (Palindrome) অমসুং অর্থ লোঙবা ৱাহৈগী ফাগী (Pun) শৈরেংগী মতেংনা লোত্তুনা থল্লি । মনা নিপাল পানবা থম্বাল অমগী লৈরোং অমগী মতেংনা মিং অসি পুথোকপা ঙম্মী । শৈরেং অসিগী ৱারোল অসুম্না চাউরাক্লা পুথোকপা য়ায় :-

'অশোয়বা কয়াগী সত্রাজ্য অমা পুথোকপীনি, র ধাতুগী মরোল পুথোকলিবা 'রাস' মশক খণ্ডবীনি, .............................. পুর্ণিমাগী মায়থোংনবীনি, মহাক্কী মীৎচিদি শেষনাগগী মতৌগুম্মী, নীতিশাস্ত্র মীৎয়েংনবীনি, অতিয়াদা চৎপীনি, মহাক্কী প্রেম থাগৎনিঙাইনি, শক ফজবীনি,

তপস্যা কয়া তৌবীনি, থাজ পুবীনি, থাগু অথৌবা পায়বী শ্রী রাধানা ঐবু ঙাকপিসনু; মহাক্তি শিবদা মশাগী নাপল থম্লিবা, নীংঙকপগা লিনগী লৌশিং পুরকপা ঙম্বী শায়োন্নি ।'

লাইরিক অসিদা মখাগী অসিসু য়াওরি :

'মহাকপু য়ায়ফরিব্রা, রাধা ?' 'নহাকপু নুংঙাইরিব্রা কংস ?'
'কংস ? কংসগা রাধাগা করিদা খেন্নরিবা?'
পরি কৌবী গোপীনা অসুম্না হায়রক্লবদা
হরিনা মশা খগুজ' নোক্ল' মঙ্গল ওইরি ।

☆ ☆ ☆ ☆

ওইরবোই নীংদুনা রাধাগী সনা মচু মাল্লবা থাবোমথক্কী অমুবা ফিজি
অমুবা লৈচীল মাল্লবা মশাগী নীংথিরবা হকচাংগী মমি
শেৎতোক্লে হায়না তোয়না হোৎনরি
হরিনা মঙ্গল ওইরি
মাগী নুংশিবনা মঙোন্দা করেম্নবদা ইকাইবনা নোক্লদুনা ।

☆ ☆ ☆ ☆

নঙনা য়ুমদগী চৎখি তুরেলদগী ঈশিং শোক্লবা নঙদি হল্লক্তে
হায়খি. 'ঐদি ঈরুগনি,' যমুনাগী তোর্ব্বান্দা কুঞ্জদা লৈথোকই
ষন শেল্লদুনা, গোবর্দ্ধন চীংগী উনুংদা চংদুনা
রাধা, দেবকীগী মচানুপা কৃষ্ণদো নঙ উদবরা ?

☆ ☆ ☆ ☆

রাধাগী থাবোমথক্কী ফীজোলবু চীংলেম্না পায়দুনা শান্নরিবা
লাই অসিনা নহাকপু ঙাকপিসনু ।
অহানবা থেংনবদা খঙহৌদনা মিপাইখিবনা
হরিগী খুৎসে নিক্লেদো ।

☆ ☆ ☆ ☆

'কুয়দ্রি ঐনা গোকুল থাদোক্লকপা,
রাধাগী ব্রাখলনা ঐদি তুম্বা য়াদ্রেদো

ঐ ফমুং অসে থাদোক্লগে
রাধা নঙনা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা
তোক্লো মিং অতোপ অতোপ্পা কৌদুনা লাকপসে
ঐ কিজরে অসিগুম্বসে ।'
হরিগী চোকথবনা নঙবু ঙাকপিবা ওইসনু ।
মহাক্লা নুমিদাং কয়া লেল্লি তুমদনা
অয়ুক নুংথিলদি লক্ষ্মীগী মিংতবু শোল্লি হন্না হন্না
রাধাবু কাওরগে নীংদুনা, লাইরেম্বী শ্রীবু হরাওহন্নবা ।

☆ ☆ ☆ ☆

থৌশাদনা গোবর্দ্ধন চীংবু থাঙ্গৎলুবনা
হরিগী পাম্বোম্মা কংশিল্লকপা উবদা
হরিগী লেংজুমদা মাগী মখুৎ থল্লে মখোঙথক্তা রাধাগী মখোঙ থল্লে
মহাক্লা লাম্বা ফংদ্রবা চীং অদু থাঙ্গৎপদা মতেং পাংনবা
অতিয়াদা অরেম্বদা হায়রিবা বাধাগী খুৎ অসে মতমপুম্বদা মঙ্গল ওইবসনু।

☆ ☆ ☆ ☆

ক্ষেমেন্দ্রগী 'দশবতারচরিত' তগী (খৃষ্টকুম ১০৬৬)
ইনখৎলক্লিবী নৌজরিবী নুপিজা কয়াবু চুপ্লুবদা
খোইমু অমদা মালিকাগী মতৌগুম, রাধানা খ্বাইদগী মহেল্লি ।

☆ ☆ ☆ ☆

অদুদগী অয়ুক্তা , খুৎলাই হাপ্লবা দোলাইথক্তা তোংলদুনা
অক্রুর বলরাম অমদি কৃষ্ণ শাপোৎ লাম্পোৎ হাপ্লদুনা মথুরা তমলক্লে ।

☆ ☆ ☆ ☆

'রাধা বিদাই তৌনরমদনা ঐনা মফম'সিদা করম্না লাক্লি ?'
চৎলগনি খনবদা মাধবনা ব্রাজখি, পেঞ্জখিদে, তয়াং তশোয়খি, পূক্লিং লাংতক্লখি।
গোকুলগী অরোনবা কুঞ্জলক্তা লোন্না চৎনা চৎনা
কৃষ্ণনা খৌরাংনা য়েংখি, মায়থোং তুংলোমদা ওল্লগা
মাগী মরুপ বনগী লৈপাক্লা সনা ফীগে ফীজি য়াল্লিঙৈদা
মহাক্লা নীংশিংখি রাধাগী মফি কোমহল্লুবদা হায়খিবদো "মাই! মাই! মাই!"

মাগী খোঙ্ছোক্তা মন্ন' ৱাখল য়াওখি ।
মাগী হকচাং, নুংশি লাংনা পাখৎচৈ, মাগী ৱাহৈ মরোল থৈখি ।

☆ ☆ ☆ ☆

কংসগী কোনুংলোমদা কৃষ্ণনা চৎখ্রবদা মাগী কায়ন মৈচাক্লা
গোদাবরী' চীক্ল' উনুংদা, নাল্লবা অশংবা তোর্ব্বান্দা
মণ্ডক শাংলবী কৃষ্ণসার শজিগুম শ্যাংনা হিপ্তুনা লৈখবে ।
লোন্না লোন্না, গোকুলগী নাপীথক্তা গোপীশিংনা
কৃষ্ণগী গুন থম্মোইশোক্লা শকশোন্দুনা লৈহৌরে ।
ষনগী শঙ্গুনা ঈশৈ অদু তারগা,
মনা থাঙ্গৎলদুনা ৱাখল তৌনা লেপহৌরি ।

☆ ☆ ☆ ☆

'মাগী প্রেমদি ইনৌত নৌবনি, ইনখৎলকপগী অবংবা মণ্ডান্না
লৈতেংবনি
থোৎন-মেংন কোম্ন-শান্নরকপা নৌজরিবী নুজাশিং শুমহৎচবনি
কল্লবা যমুনাগী ঈরৈদা মহাক্লা কালিয় লিনগী শাগৈ নমথখি
খোইমু, কোকিল, অমুবা থন্থাল অমদি কাজলগী মতৌগুম্না মুজবনি ।
কেশি অমদি মচাশিং চাউর চাউরবা হিংচাবশিং হাৎপদা মানা তমথিখি
গোকুল্লগী অৱাবা কোক্লবা, গোবর্দ্ধন চীংজাউ থাঙ্গৎখি
কনাগী মীৎনা ঈরাক্লরোইদগে মহাক্লা নুংশি ঈখৌ লাংলক্লবদা
থক্লবা নুংশি ঈথক ঈপোম্লি, নুংঙাইজনিংবী নহাওইবিবীশিংবু
নুংঙাইহঞ্জবা?'

কৃষ্ণগী গুন মহাসাগরগী গুন খুদিংবু
শকচবদা ঈখৌ লাংনা, গোপীশিংগী মফমদা
লোন্ন থৃপ্ন ঈখৌলাংবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লে
হায়ফম খণ্ডদ্রে লৈফম খণ্ডদ্রে হন্না হন্না ।

☆ ☆ ☆ ☆

করিশু অমত্তা হায়রমদনা চৎপ্রবদা কৃষ্ণনা
মথকথোংবশিংবু ইকাই-খুম্নরিবনি হায়দুনা
বকুল মখোঙ অঙ্গীংবদা নীংঙাইদনা তুম্লি শজি-মীৎতা মাল্লবীশিং
মমঙদা মখোয়না মাবু কোনশিল্লবদা
মখোয়গী থোৎলবা উরীমাল্লবা হকচাংনা খুইথরি হন্না হন্না হাইবদা
'হিংচাবা, চৎলোকো ! চৎলোকো লৌনম্বা !'
নৌরবী নুজাশিংনা খোঞ্জেল হৌনা লাউখি ।

☆ ☆ ☆ ☆

মাধবনা থাদোকপিরম্লবদা পিরাংনা পুক্সিগুম চেঙ্গরক্তুনা
লিংখৎতুনা লৈরবা রাধাগী থাবোম থক্তা তাররে
মপালনা লূমথরবা কদম পাম্বীনি রাধা
পিরাংশিংদো চাইখাইরে লেপ্পা লৈত্রবা অন্নাবা স্বরনা, নীক্লিবা
হকচাংগী শাওংনা
মায়ানা মকশিল্লদুনা মাগী আশা পূম্নমক থুগায়বিরবা
অনৌবা নোংজুথাগী মতৌগুমখরে মাদি অমম্বনা কুপশিল্লবা ।

বিদ্যাকরনা খোমজিনবা 'সুভসীতারত্নাকোষ' তগী (তরামাথোইশুবা শতাব্দীগী অরোয়বা তংখাই)মমাঙগী শরুক্তা মখাগী অহুম অসি য়াওদে:

'হে লক্ষন. সীতাবু পুবিখিবা লৈচীন অসিনা ঐবু ব্বাহল্লে,
তমথিরবা কদম মনম নম্লবা তপ্লবা নুংশিং অসিনা ঐবু পাখৎহল্লে ।'

অসুম্না হায়রদুনা, কায়নবগী মঙলান্দা
মমাঙগী মপোক্তা ব্বাখিবনিদকো হরিনা
রাধানা কল্লক্লা য়েংজবদা মহাক্লা নঙগী নুংঙাইবা পিবিসনু ।

☆ ☆ ☆ ☆

'মাঙদা চৎখৎলু শঙ্গোম পুবীশা য়ুম য়ৌনবা চফুশিংদো হান্না থল্লবনি।
খরা লৈশিল্লবী ষনবীশিং অসে শঙ্গোম শুম্লগা রাধা কোন্না নতুং
ইল্লকসনু ।'

অসুম্না শল্লুপ চায়খাইরগা রাধাগা মাগা নাইতোম তাহৌরে
নন্দগী মচা কৃষ্ণ মহাক্না নঙগী অনাবদো হুবিথ্রসনু ।

☆ ☆ ☆ ☆

লমজাউদা হিপ্লিবা লম্বী চৎপশিংনা
ফিজেৎ ফিগাই কয়ানা শারবা থারবা ফৈজুপ অদু হায়দোক্কুনা
তমথিরবা অঙ্গীংবদো মাঙহনখরে,
হৌজিক্তি খোঞ্জেল শেংনা অমদি নুংশিনা
শহরগী মীয়ামবু অয়ুক্তা অমুক তুমহন্দ্রে
রাধা মাধবকী থুপ্লবা প্রেমগী ঈশৈনা ।

বিলহ্নগী 'বিক্রমাঙ্কদেবচরিত' তগী (তরামাথোইশুবা শতাব্দী অথেংবা)
কৃষ্ণগী থাংশাং আনন্দময়না নোক্লিবী লক্ষ্মীবু নীংশিংলদুনা
ময়াদা নঙগীদমক য়াম্না হরাওবা উৎসনু
হিংচাবা মুরাগী য়েক্লবদা মসিনা তত্তনা নীংশিংহল্লি
যমুনাগী ঈচেলদা চীংলেম্নবী রাধাবু ।
(কাশ্মীরদগী খারোমদা লাকপদা বিলহন্না বৃন্দাবনদা পনখি।)
য়ৈখাইরম্বদগী নীক্কুনা শান্নরিবা রাধাগী পাক্লবা তুংয়ান্না
হৌজিকফাওবা হৌগৎচবা ঙমদ্রি পাম্বীশিং কৃষ্ণগী শান্নবুংগী
মথুরাগী মুণি কয়া চায়খায়রে শান্নরিবা অনীনা
বৃন্দাবনগী অকোয়বদা লেনখি নুমিৎ কয়া কবিনা ।

☆ ☆ ☆ ☆

হেমচন্দ্রগী 'সিদ্ধহেম শব্দানুশাসন' দগী (খৃষ্টকুম ১০৮৮-১১৭২)
হরিনা শুমাঙদা জগোয় শারি, জগৎতা অঙকপা ওইরি ।
রাধাগী থাবোম মঙান্না মতম কুয়না লৈসনু ।

☆ ☆ ☆ ☆

হরিনা মীপুম খুদিংবু মপুংফানা ব্যবহার তৌজরবসু
মাগী মীৎয়েংদি রাধাদতনি লৈরু লৈরুবদা
নুংশি লাংদা থুথ্রবা মীৎপু কনানা থৎপা ঙম্নুগনি ?

শ্রীহর্ষগী 'নৈসাধিয়চরিত' তগী (তরানিথোইশুবা শতাব্দীগী অকোনবা তংখাই) । শৈরেং অসিদা অর্থ অনী পুরি - রাধা অমসুং শ্রীবৎসগী মিং । রাধাগী মিং অসিনা কৃষ্ণগী লোয়নবী অমসুং মহাভারত্তা কর্ণগী য়োকচবী মমা ওইবা য়ায়; রাধাগী মচা কর্ণগী য়েক্লবদি অর্জুননি ।
(শ্রীবৎস হায়বদি 'শ্রীগী মচা' নৎত্রগা কৃষ্ণগী থবাক্কী তু ।)

রাধাদি নশাগী পুন্সিগুম মমল য়াম্বনি নঙোন্দা
রাধাগী মচাগা য়েক্লরিবা অর্জুনগা মতিকচাদে মরুপ ওইবা,
অদুবু শ্রীগী চান্নবা
মতমচুপ্পা থল্লিবসিদি 'শ্রীগী মচা' বু মথম্মোইদা
মতিক চারব্রা ?

গোবর্দ্ধনগী 'আর্য্যসপ্তমতী' দগী (তরানিথোইশুবা শতাব্দী অথেংবা)

মধুগী য়েক্লবা মাগী কোক্কী লৈতেংপরেং ওইরিবী ইতা তুলসী !
করিগী চাংদম্নরুরী অরেম্বদা রাধাগা ?
নঙগী নুংশিবা মনম' পুম্বদো
মাগী খোঙগী মনম চেলহনবনি ।

☆ ☆ ☆

কৃষ্ণগী শম অসে নিংথৌকোনগী চেংহীনা
করম্না লুজবিবগে হায়বগী ব্বারী কয়া তাবদা
রাধানা মশাগী মখোঙদা য়েংথজৈ
নাপলনা লূমথরবা মীৎয়েংগা লোয়ননা

☆ ☆ ☆

গোপী পুম্নমক্কা ময়ায় কামিন্নরুরবা
হিংচাবা মধুগী য়েক্লবসে ইকাইবা পীনবা
করিশু খঙজদবা শাদুনা, রাধানা লীবিয়ু হায়জখি
মাগী লোয়নবীগা তংখাইতমক পেনজখিবা শিবগী ব্বারী ।

☆ ☆ ☆ ☆

ষঙ্গোম সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা নীংথিরবী নুজাশিংনা
লক্ষ্মীগী শারবা স্বরনা কলহল্লবা ষঙ্গোমগী লদু চারদুনা
রাধাবু থাগৎচরদুনা শক্লি ঈশৈ কয়া ।

☆ ☆ ☆ ☆

রাধাগী তথকপা মীৎ ঈরাং পুরবা
থিরদুনা চৎলিঁঙে কৃষ্ণনা মফম মফমদা
তেঁঙ্গে অমা শাখরে নুংশিবগী লাইনা
মায়ঁগে তরা থোক্লা শোয়দনা পাল্লুনবা।

কৃষ্ণবু নায়ক অমা ওইনা অমসুং শৃঙ্গারমুর্ত্তিমানগী শক্তম লাংবদা মপৃংফাহন্নবগীদমক রাধানা নায়িকানি অমসুং রতিগী মুর্ত্তি ওইখিবনি। ভাব অসিদগী শৃঙ্গাররস শাগৎলকপনি। রতি ওইবা মরম্না রাধা অসি কামগীসু লোয়নবীনি। কৃষ্ণগী খৌরাংবা অদু রাধানা কোকহল্লবদা, রাধানা রসিকাজন- (রস চুপচবা পাম্বা মীশিং) শিংদা ভাবকী ওইবা পাম্বৈনা কৃষ্ণগী বসন্ত প্রেমগী থোইদোক্লবা শক্তম অদু উৎননবা লাক্লরি। কৃষ্ণগা কায়নবদা রাধানা ৱাজখিবশিং মাগী সখীদা লী, সখীনা অমুক কৃষ্ণদা তম্লুই। অসুম্না কৃষ্ণগী প্রেমদা রাধানা শক্তি লৈরবী লোয়নবী অমা ওইনা চপচানা শরুক য়াই। রাধানা নায়িকা অমা ওইবদা ফংফম থোকপা গুনশিং অদুসু মওং চুম্না শীংথাই। মখোয়গী মরক্তা মুগ্ধবধু (পঙলবী), মুগ্ধ, চণ্ডী (তমথিনা শাউগল্লবী), মানিনী (নাপল চাউরবী) অমসুং ভাবিনী (তয়াং তশোইনবী) অসিনি।

ভারতগী নাট্য পণ্ডিতশিংনা নায়ক অমগা লৈনগদবা নায়িকা অমগী তোপতোপ্পা গুন নিপাল ☆ লৈগদবনি হায়। নিপাল অসিগী মনুংদা রাধাদা তরেৎ লৈরে। (নিপালগুবা 'প্রোষিতভর্তৃকা' হায়বসি প্রেমিকনা লংফৈদা লৈপ্লগা প্রেমিকানা ৱাহৌবা অদুনি, গীতগোবিন্দগী রাধাদদি মতং অসি য়াওদে।) গুন তরেৎ অসি জয়দেবনা গীতগোবিন্দদা থাংখাং নায়না মথং মথং অসুম কনশিনহন্দুনা শাগৎলকই। অদুগা ৱাখলগী ওইনা অয়ৌবী ফাওবা পুবদি নত্তে, থবক থৌওংশিংনা অসুম শাগৎলকপনি। কায়নহৌরবী প্রেমিকা অমগী ৱাখল অমসুং কল্পনাগী চমম্নবা কয়া পুশিল্লক্তুনা হকচাংদা পৃক্লিংনা ওইহল্লক্লিবা মওং মতৌশিং অদু নীংথিনা শীংথারকপনি।

---

*☆ (ক) ভরতকী নাট্যশাস্ত্র - সম্পাদক অমসুং অনুবাদক - এম, ঘোষ (কলিকতা গ্রন্থালয়, ১৯৬৭) (খ) প্লেস ওফ দ হিদ্দন মুন - ডিমোক*

অহানবগী নুমিদাং অমা লৈমিন্নরুরবগী মতুংদা কৃষ্ণনা অতৈ গোপীশিংগা লৈমিন্নখিদুনা রাধা কায়নরম্লে। কৃষ্ণতগা উন্নজনিংবা মাগী অপাম্বদু কৃষ্ণনা অতৈ গোপীশিংগা 'সাধারণপ্রণয়' তৌদুনা লেনখিবা অদু শীংথারদুনা মশাগী ঐশ্বর্য্য (মিহৌবগী শাওং) ওইনা ফোঙদোক্লে । নুমিদাং অদুমা কায়নহৌরবী গোপী অমনা নুংশি ঈখৌ লাংদুনা 'উৎকন্ঠিতাগোপবধু' গী শাওং তাক্লে। মাগী নীংজমল শক্তিনা কৃষ্ণনা মাবু নীংশিংলক্লে, কায়নবদা মাগুম্না কৃষ্ণসু ৱারে। নীংজরিঙৈ মতমদা শক্তম মওং কয়া অমসু উৎলে । ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা অরেম্বদা কৃষ্ণবু ঙাইরি (বাসকসজ্জিতা) । মাগী সখীশিংনা অমদি কৃষ্ণনা মাবু নমথাক তৌবিরে খঞখি (ভানচিতা) । কৃষ্ণদা কনাগুম্বী অমনা নুংশি খুদোন্নরকপগুম খল্লুবদগী কল্লক-খম্বন্না রাধা শাউখরে (খণ্ডিতাযুবতী) । খৎনরুবগী অনুতাপ লাক্লে (কলহান্তরিতা) । সখীনা হায়জবদগী মাগী হঙ্গোইজবদু মাঙখরে (সলজ্জা লজ্জা ব্যাগমদিবা), মাগী নুংশিবদুগী মনাক্তা চৎখরে। মিলনগী মতুংদা মাগী নুংশিবদু মাগী মখুৎ চল্লে (স্বাধীনভর্তৃকা)। রাধানা চীংলেম্না মঙ্গল ওইরকপগী লেমজনিংঙাই ওইবা অথূপ্পা লীলানা জয়দেবগী নাটক অসিগী মপা লৈত্রবা মগুন ওইরি ।

অকোনবদা কৃষ্ণ লীলাদা গীতগোবিন্দগী রাধানা কৃষ্ণগী লোয়নবী ওইরে। অঙনবা সাহিত্যদা রাধাগী মরমদা অৱাৎপা কয়া লৈরম্বদগী জয়দেবনা 'রাধা' পুথোকচবনি হায়না খন্নবা য়াওই । তশেংবদি মদু নত্তে, জয়দেবনা ভারতকী ভক্তি সাহিত্যদা তোমথিন্নবী নায়িকা অমা পুথোকচবনি ।

## ৭
## মণিপুরদা অরিবা লাইরিকশিংগী ক্রিতিকেল ইদিসন অমসুং ঈথক ঈপোমশিং

মথক্তা হায়জখ্রিবা ৱাফমশিং অসি অখণ্ড-অহৈ কয়াগী ৱারোল কয়া নৈনজরগা লাইরিক অসিবু মশক তাক্লবা হোৎনজবনি। অদুবু হেন্না পাকচাউনা নৈনবা য়াবা মতাং কয়া চিৎথহৌরি, মরি লৈনবা মতাং খরদং পঞ্জরম্বতনি । লাইরিক অসি পুথোকচনীংবগী অকনবা ঈথিল খরা ঐঙোন্দা ফাওখিবগী মনুংদা মখাগী খরদং অসি পনবা য়ায়ঃ

(ক) লম লমগী ওইবা 'ক্লাসিক' ওইরবা মমাংঙৈগী লাইরিকশিংদা খেন্ন খেন্ননা পুথোরকপা কয়া থেংনরকপদগী হৌজিক পৃথিবী অপুম্বগী ওইনা অখণ্ড-অহৈ কয়া পূনশিন্নরগা 'ক্রিতিকেল ইদিসন নৎত্রগা টেক্স' পুথোরক্তুনা মীয়ামগী জ্ঞান হেন্সংহনবদা অচৌবা মতেং অমা ওইনরক্লি । বিশ্ববিদ্যালয় অমসুং রিছার্চ সেন্তর কয়ানা মখল মখা কয়াগী প্রোজেক্টশিং অরেপ্পা লৈতনা চৎথনরক্লি । ইউনেস্কোগী থাক্তসু রিপ্রেজেন্টেতিব ৱার্ক্স কয়ামুক খঙ্গৎলগা ক্রিতিকেল ইদিসন ফোঙলকপদা শকখণ্ডবিবগী থবক পায়খৎপা হৌখ্রে । ঈরাং অসি মণিপুরদসু তঙাইফদনা কনখৎহনবা চুমগনি খঞ্জখি ।

(খ) মণিপুরগী লেমজনিংঙাই ওইরবা সভ্যতাগী শক্লোন কয়াগী মনুংদা ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিসু পূক্নিং হুনিংঙাই ওইবা মশক্নি । মশাগী ওইবা পরমপরাদা ফজরবা কলাগী মচু মমেন কয়া থোকচরকই । থম্মোইগী ওইবা ৱাফমদা অঙকপা ঈথক কয়া হৌরকই । ভাব, সুর, ছন্দ, রাগ, তাল, লয়, ৱাহৈ - ৱাতা, খুৎথেক শাথেক অমসুং মুর্ত্তি কয়াদা শুমহৎনিংঙাই ওইবা ফিবম কয়া শেন্নকই । থোয়দোক্না জগোয় ঈশৈদা তোপতোপ্পা শাফু অমা য়াওরিবসি পূম্নমক্না খঙনরবনি । গীতগোবিন্দদা লেঙদ্রবা অসিগুম্বা শক্তম অমা উবা ফংঙি । ইন্দিরা গান্ধী নেসনেল সেন্তর ফোর দ আর্টস (আইজিএনসিএ) না হৌজিকসু মল্টি মেদিয়া প্রোজেক্ট অমা গীতগোবিন্দ অসিমক্তা ১৯৯৫ দগী চৎথরি, লোইশিল্লক্লে । প্রোজেক্ট অসিদা ইউনাইটেদ নেসন্স ডিভেলপমেন্ট প্রোগ্রামগা (ইউ এন ডি পি) খুৎশম্নরি ।

প্রোজেক্ট অসিগী পান্দমদি গীতগোবিন্দনা ভারতগী লমদমশিংদা করম করম্বা ঈপোম হৌনবগে হায়বদু নীংথিনা শেমশারবা কম্প্যুটর প্রোগ্রাম কয়ামুক শেমদুনা মীয়ামগী ওইবা লন অমা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুথোকপনি । প্রোগ্রামশিং অসিদা গীতগোবিন্দগী মল্টি-লিঙ্গুয়েল টেক্স, গ্রাফিক্স, ওদিও অমসুং ভিজুয়েল রেকোর্ডস, রেসিতেসন্স, কমেন্তরিজ, লাই য়েক্লবা মেন-স্কল্পটশিং, পেইন্তিং, ম্যুজিক, ডান্স, তেম্পল রিচুয়েলস, পোপুলার ফেস্তিবেলস, কৃপ্না নৈনবা অমসুং এন্থ্রোপোলোজিগী শক্তম কয়া য়াওরি হায়বা রিপোর্ট ফংঙি।

অসিগুম্বা ফিবমশিং অসি উরুরগা মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজনা লুনা থমজরিবা লাইশোল লাইরিক গীতগোবিন্দগী অতোপ্পা শক্তম-শোর্ট রিসেপ্সন হায়না খঙনরিবা অতেনবা লাইরিক অসি, মচল অমখকনি খঙ্গদুনা মণিপুরী লোন্দা শৈওং শৈদা শেমজরগা ইথোকচখিবনি। হোৎনবা অসিদা ঐনা ইশা চৎচদুনা অখণ্ড অহৈ কয়াগী মমল য়ান্নবা পাউতাক কয়া লৌজখি। মখোয়গী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লোয়ননা শ্রীবাচস্পতিময়ুম জয়ন্তকুমার শর্ম্মনা শৈওং শৈদা শেম্বদা মশক নাইনা তেংবাংবিরকপগীদমক মহাক্কী লমন শিংঙন্নোই খঞ্জে। শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহনা মতাং চানা নীংথিজবা লাই কয়া য়েকপীরকপগীদমকসু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসি নম্বীরিবা ২০০০ প্লস কম্মুনিকেসন সেন্তর, ইম্ফালগী মরুপ মপাংশিংনা থব্রাই য়াওনা হোৎনবিখিবশিং পুক্সিদা কাউজরোই।

অতোপ্পা অমনা, রাইটর্স ফোরম ইম্ফালনি। ফোরম অসিগী মতেং য়াওদনা লাইরিক অসি মতমচানা ফোঙবা ওইথোক্রোই। ফোরম অসিবু য়াম্না থাগৎচনিংঙি।

লাইরিক অসিগী অশোয় অঙাম য়াওরবসু পাবিরিবশিংদা ঙাকপিয়ু হায়জনিংঙি। ময়েক শেংনা তাকপিরক্লগনা অমুক হেন্না হরাওজগনি, মথংগী খূৎনমদা চুমথোক চুমশিনগী খুদোংচাবা ফংজনবা।

ইম্ফাল

তাং ১।৯।১৯৯৭ ইং

রাজকুমার মণি সিংহ

## অহানবা শরুক

### হরাওজবা কৃষ্ণ

" কুপ্লে নোংমদোনসে অমংবা নোংনা
শুক্লে উমং' পুম্বসে তমাল পাম্বীনা
কিজবনি মাদি অহিংগী অমম্বা
পুবিখরো রাধা নওনা মাবু য়ুমদা ।"
নন্দ'ই পাউমেন্দ'ই অসুম্না পীরবা
লেঙখরে রাধা মাধব অনীনা কুঞ্জবন ফাওদুনা
যমুনা তোর্ব্বান্দা ইবুংঙো ইবেম্মগী থুপ্ল' লীলানা
মঙ্গলগী মশক ওইহন্নবা হায়দুনা। ১

পদ্মাবতী' খুয়া থম্ব্যলদা শৈশক্লিবা
কোয়না চৎপা শৈশকপা অথোইবা
জয়দেবনা ব্রাঙাংহৈবী লাইরেম্বী' ই থৌজাল ফঙদুনা
হরিনা শ্রীবু নুংশিজরকপ'ই থব্রায় পেন্না শান্নবা
লীলা কয়াদ'ই লেংজরি ঈশৈ ঈপোম্নরবা । ২

ব্রাঙাং হৈবদা মাগুম্বা লৈতে উমাপতিধর
সুর ছন্দদা মমিং চৎলি কবি শরন
অদুবু লাইনি জয়দেব ব্রাহৈগী শক্লোন শেম্বদা
হায়নরি ধোয়ী নুংশি শৈশক্কী কবি অথোইবা
অদুবু অরোনবা নুংশি শৈরেংদা অশেংবা
হায়নৈ মপা লৈতে গোবর্দ্ধন হৈশিংলবা । ৩

হরি মাবু নীংশিংবনা থম্মোয় মকা লাম্লিংলবা
মীৎ পাঙহল্লবদি মাগী ঙক্ল' ঈঙ্গিৎনা
তারো 'দুদি জয়দেব'ই ঈশৈ নুংশিরবা
থোৎনা মেঙল' শৈরোলনি ঈপোম্নরবা । ৪

(অহানবা ঈশৈ - রাগ মালবতা শকপা)

ঈংথরকপগুম প্রলয়না লেপ্পাইদ্রবা
সমুদ্রদা কল্ল ঈথক ঈপোম্নরিবা
হিরেনগুম থল্লিবা হিমায় চুম্না
থম্বিরি শেংলবা বেদ হরি নঙনা।

লৌবিদো হে কেশব নঙনা ঙাগী শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় । ৫

পাক্লবা নঙ্গন্দা লৈরিদো মালেম লৈমা
থারবা অতঙবনা তাক্লিদো লৈমগী অরূম্বা ।

লৌবিদো হে কেশব নঙনা থেঙ্গুগী শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় । ৬

পানখৎলক্লিবা থাজদা মায়হীং পক্তুনা লৈবগুম
নঙগী য়াতোন্দা নগুনা লৈরিদো মালেম লৈমা ।

লৌবিদো হে কেশব নঙনা ওক্কী শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় । ৭

থোৎল'খুৎস্রা থম্বালগী ঙক্ল' লোঙগী খুজিলনা
অমুবা খোইমুগুম্লবা হিরন্যকশিপু
শেগায়খি মাগী সনা ফুদোংল' মপুক ।

লৌবিদো হে কেশব নঙনা নরহরিগী শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় ।        ৮

নেম্ল' হকচাংগী লাওর' খোঙথাংনা
ঙকহনখি হিংচাবা বলি
লাঈজ খিকখি খোঙগী খুজিল থম্বালদগী
জীবশিংবু শেংদোকপিগে খন্দুনা ।
লৌবিদো হে কেশব নঙনা বামনগী শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় ।        ৯

ক্ষেত্রিশিংগী ঈখেংতনা চামথোকপি জগৎকী 'মোৎপা
কোকহনবি শেংদোকপি তাইবং' অৱা-অনা ।
লৌবিদো হে কেশব নঙনা ভৃগুপতি' শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় ।        ১০

লানগী মায়য়োন লেপ্লিবা লাইশিংগী অপাম্বা য়েংদুনা
অতিয়া শীন্না লংথোকখি হিংচাবা রাবনগী কোক্লেন তরা ।
লৌবিদো হে কেশব নঙনা রামগী শায়োন
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় ।        ১১

শঙখরে নঙগী ফীরাল মচু নোংপুবা লৈচীন্না
নঙগী লাঙ্গোলবু কিজবনা ঈথক হৌরে যমুনা ।
ওইখি হে কেশব নঙনা লাঙ্গোল পায়বা বলদেব
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় ।        ১২

ঈরাৎ থৌনিবদা তাথিখি জীব হাৎপগী চৎনবী
জীবশিংগী থৱায়দা নুংশি থৌজাল উৎপিখি ।

ওইখি হে কেশব নঙনা শিংলবা বুদ্ধ
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় । ১৩

থৱানমৈরীগী মচেৎকুম্ন' হাইখি নঙগী থাঙশাং
মাঙহনবিখি তুম্নবু লান্দারকপা লমহেনবশিং ।
ওইখি হে কেশব নঙনা লান্দা থৌবা কল্কি
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় । ১৪

জয়দেব কবিগী মপুংফার' লাইশোল তাবিরো
হিংবগী ঈথৌ লাংবিরো, হরাও-মপুং ফাবিরো ।
শায়োন তরা পুথোকপিখিবা হে কেশব
হে জগদীশ হে হরি, ওইরি নঙগী জয় ।
১৫

বেদবু ঙাকপিবা, পৃথ্বীবু শৌগৎপা, জগৎপু পুবিবা
বলিবু নমথবা, ক্ষেত্রিশিংবু তুমহনবা, রাবন হাৎপিবা
লাঙ্গোল মমায় চুম্বিবা, মীনুংশি শন্দোকপিবা
লমহেনবশিংবু মাঙহনবিবা, শায়োন তরাবু লাৎচরি ।
হে কেশব নঙবু খুরুমজে । ১৬

**(অনীশুবা ঈশৈ - রাগ গুজ্জরীদা শকপা)**

নাপ্প'নীদা নাইন্না লৈতেংবা, বনমালা থোনবা
শ্রীগী নৌর' থাবোম লক্তা ঙারিবা
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয় । ১৭

নুমিৎ মণি মণ্ডালনা কোয়শিনবা, তাইবং লানবীবা
মুণি পূক্লিং ঈপাক কাংগু ওইবা
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ১৮

মহু পুর' কালি লিনবু তাম্বোকপা, পূক্লিং শুমহৎপা
যদু শাগৈ' থম্বাল শাৎকায়রবা নুমিৎ
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ১৯

মধু মুর নরক লানবু থেংনবা, গরুড় তোংবা
লাইয়াম খিবীক হরাও নুংঙাইহনবা
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ২০

উদ' লৈত্র' নঙগী মীৎস্না থম্বালনা তাইবং লানবীবা
জগৎ মরোল অহুম য়োকপিরিবা
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ২১

জানকী সীতানা লৈতেংবা হিংচাবা দূষণ মাঙহনবা
লানফম য়ায়দা কোক্লেন তরা পানবা রাবন মাঙহনবীবা
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ২২

নোংবু পুবা লৈচীলগুম্না নীংথিবা সমুদ্র খোইহী চীংথোক্লবা চীংজাও পায়বা
মীৎস্না থম্বালনা শ্রীগী মায়থোং নোংইন ওইবা
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ২৩

জয়দেব কবিনা অসুম্না নুংঙাইবা ফংজৈ
মঙ্গল ওইবা ঈশৈ শকচৈ
হে জয়দেব হে হরি, ওইরি নঙগী জয়। ২৪

শ্রীগী থাবোম ঈপোম কোল্লুবদ'ই পঙ্ককপা
কুমকুম্না শীনবা থুংখ্রে মধুসূদন' থবাকতা । 
নুংশি ঈহৌ ফোঙদোকপা মশান্নদ'ই শিন্থবা
হুমাংসিনা ওইসনু তাইবং জীব'ই নীংবা থুংবা । ২৫

বসন্ত লাক্লে কোয়না চৎলি থোৎনা নৌজবী রাধা
লৈশাৎ তন্বী উরীগুম চৎলি কৃষ্ণবু থিরি
নুংশি লায়না লাইমন ওইবী রাধাবু য়েংদুনা
রসগবু লোয়ননা ঈশৈ শক্লি সখীনা রাখল নুংঙাইহন্নবা । ২৬

(অহুমশুবা ঈশৈ - রাগ বসন্তদা শকপা)

তনিক তনিকচরিবী লবঙ্গলতা হায়বী উরীশিংসে
নামিবা মলয়া নুংশিৎনা হাইনা হুম্না কোনশিনখরে ।
খোইমুশিংগী খোঞ্জেলনে কোকিলশিংগী সুরনে
পুমনিন নিনখরে কুঞ্জবনগী কাচিন কোয়াসে ।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্নবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈরায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং । ২৭

পামুবনা লাপ্না চৎখ্রগা পামুবীনা নাইতোম লৈহৌবা
তেংথাহৌরে পামুবী নুংশি চোইরোল লোন্দুনা
থোমজিনখরে খোইমুশিং শাৎলিবা বকুল চবুনশিংদা ।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্নবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈরায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং । ২৮

তমাল’ পাম্বী’ উনাশিং নৌনা চোংবা য়েন্নিংশিং
চুপশিনখরে মনম হৃকলবা কস্তুরী
থম্মোয়বু থিনগায়গে নীংদুনা নৌজরিবী
নুংশি খূজিল মতৌগুম পাঙ্গোং মপাল শাংলক্লি।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্নবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং। ২৯

মহৈ য়াল্লগদবা মকশিল্লক্লবা নাপুগী লৈরাংশিং
নুংশিবা কৌবা লাইগী সনা’ই রাজদণ্ড ওইখরে
উতোংলৈ হায়বী লৈরাংনা ঙাওর’ খোইমুগী মতৌগুম
নুংশি লাইগী তৈঞ্জে তেন্দোং ওইখরে।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্নবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং। ৩০

হঙ্গোইনরক্লে জীবশিং নোক খেরক্লে অপোম্বী লৈরাংশিং
নুংশি কায়নর’ কাংবুদা য়ুরুনবা তীংখং লৈরাং মখৈনা
অতিয়া অসে থিনগাইরে তাগী তাদোন ওইদুনা।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্নবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং। ৩১

তিন্নখরে য়েৎশিন্নরিবা উরীশিংগী মনম্না
নৌনা লেংবা লৈপরেংশিংগী লৈনম্না
শুমহৎলাং ওইখরে মুণিশিংগী থম্মোয় ফাও’।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা

নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্ননবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং । ৩২

কাখৎলক্লিবা উরীনা কোনবদা তনিক্লি পোল্লিবী হৈনৌ মপাল
ঈচেল তপ্ল' যমুনাগী লাঈজনা শেংদোক্লি বৃন্দাবনগী কুঞ্জবন ।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্ননবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং । ৩৩

মচু শঙখরে কুঞ্জবন বসন্তগী ঈরাংনা
লেঙশিল্লক্লবদা নুংশিবা কৌবা লাইনা
নীংশিংজরি হরিগী খুয়া থম্বাল জয়দেব'ই ঈশৈনা ।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্ননবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং । ৩৪

হাহল্লে কুঞ্জবন মালংবনা হুন্নকপা লৈরীকশিংগী মনম্না
চোইনা খিকথখিবা লৈরীকশিংনি শাৎচবী মালতীগী নৌনা
য়ৌরক্লে নুংশিবগী তীংখংলৈ মনমসু মফম অসিদা
থিনগাইররে থম্মোয় খুদিং ওৎলক্লে পৃক্লিং কয়া ।
বসন্তগী ঈরাং অসিদা লেঙলক্লে হরিনা
নৌজরিবী নুজাশিংগা শান্ননবা ইতা,
খাইন মৈচাক মৈব্রায়রক্লে অপাম নুংশি কায়নরবশিং । ৩৫

লৈহি থিরিবা খোইমুগী খোঞ্জেল ওইররে অব্রাবা
নাইতোম চৎপা লংফৈ চৎপশিংগী নাকোংদা;
হৈনৌ পাম্বীদা কাইদোংমিন্নরিবা কোকিলশিং উবদা

নীংশিংহল্লে হৌখিবা মতমদো মওং মওং লেনখিবা
ব্রাখল তৌখিবনি চিল্লোক্লবগী অরোইব'ই মীৎকুপ খুদিংদা। ৩৬

নুজা কয়াগা কোন্নদুনা শান্নরুবগী হরাও মথোই কারবা
মনাক্তা লৈরিবা মুরারীদা মখুৎ থিল্লদুনা মতানা
য়েংঙু য়েংঙু হায়না ঈশৈ শক্লক্লি রাধাদা। ৩৭

**(মরিশুবা ঈশৈ - রাগ রামকিরীদা শকপা)**

চন্দন্না লৈতেংবা শংবান্ন' হকচাংদা সনা ফীগে থোনবা বনমালী
মোমোন্নবা মায়থোংদা মণিকুণ্ডলনা নাপ্ল'নীদা হাইহুন্লি।
মাবু জগোই শাহন্নবা নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হরাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি। ৩৮

হরিবু নুংশিনা কোনশিঞ্জে থাবোম ঈপোম্নরবী গোপী অমনা
ইবুংঙো মাবু থাগৎচৈ নুংশিবা ঈশৈ শক্লুনা।
মাবু জগোই শাহন্নবা নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হরাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি। ৩৯

ইবুঙোগী খোইরাংল' শকফমদা শুমহৎলবী অতোপ্পা গোপী অমনা
মীৎকুপ্ত' য়েংজদুনা লৈখি মবুংঙোগী মায়থোং থম্বালদা।
মাবু জগোই শাহন্নবা নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হরাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি। ৪০

নোঙ্থরকই ইবুংঙোগী নাপদা নুজা অমনা তুংয়ান থেকখোইনদুনা
শান্নররি চুপ্লদুনা ঈপোম হৌরবা মবুংঙোগী খজাইদা।

মাবু জগোই শাহন্নবা  নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হবাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি ।  ৪১

ইবুংঙোগী নুংশি লীলাবু খৌরাংজবনা যমুনাগী তোর্ব্বান্দা
সনা ফীজি পায়দুনা চিংশিঞ্জরি নুজা অমনা ইবুংঙোবু নীংথিরবা কুঞ্জদা ।
মাবু জগোই শাহন্নবা  নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হরাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি ।  ৪২

মিব' বাঁশী সুরদা খুবাক তন্ন খুরিবা খুজিশিংগী তাম্বাদা
জগোয় শাবী কনাবু থাগৎপিরি হরিনা ।
মাবু জগোই শাহন্নবা  নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হবাও মথোই কাজবদা হরিনা নুঙাই ঈরাং হৌরি ।  ৪৩

কনাবু কোনবীরি কনাবু চুপ্পিরি কনাবু তপ্পা পায়রুরি
মরৌ লৈনা য়েংলুরি মোমোন্নবীদা, মতৌ তম্লুই শাউগল্লবী অমগী ।
মাবু জগোই শাহন্নবা  নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হরাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি ।  ৪৪

অথূপ্পনি কৃষ্ণ লীলা অঙকপনি বৃন্দাবনগী কুঞ্জ'নুংদা
মসিনি জয়দেবগী ঈশৈ  চানবিসনু কৃষ্ণনা শক শোঞ্জবদা ।
মাবু জগোই শাহন্নবা নুজাশিংনা মতৌ লৈরবী
হরাও মথোই কাজবদা হরিনা নুংঙাই ঈরাং হৌরি ।  ৪৫

জগৎকী মঙ্গল ওইনবা হরিনা তপথদরে ঈরাংশিং
মাগী থোৎল' নৌর' শংবান্ন' থম্বালগী হকচাংনা
কামগী কুম্মে হৌরক্লে কোনখরে নীংথি রবী গোপীশিংনা পামজনা ।

ইতা, বসন্ত ঋতু অসিদা নহা ওইরিবা হরিনা
রতি কামগী মেংল' তপ্ল' রসনা শক্তম লৌবগুম শান্নরি । ৪৬

লৈখা' লিন কয়াগী শার' মবুক মনুংদা
মতম কয়া মৈচাক খাওলুবগী মওংগুম
হৌজিক্তি মালয় চীংশাং নাপোমগী নুংশিৎনা
উঁনগী ঈংল ঈপাক্তা লূপ্লবা
হিমালয় চীংদোন তল্লকলে ।
হৈনৌ য়েন্নৌ মরক্তা মপাল শাৎলম্বা উবদা
কোকিলশিংগী নুংশির' খোঞ্জেল
কনখৎলক্লি হরাওনা । ৪৭

*গীতগোবিন্দদা "হবাওজবা কৃষ্ণ"না অহানবা শকক্লি ।*

# অনীশুবা শরুক

## নীংঙাইদবা শ্যাম

শ্যামনা কুঞ্জগী বন বনদা লেঙলিঙৈ
গোপীশিংগা থুপ্লু' লীলা শান্নরিঙৈ
মাবু কৌশিঞ্জবা ঙমহৌদরে রাধানা।
খম্বন ব্রাখন' মাঙওইনখরে রাধা
কুঞ্জগী মচি মচিদা চেনশিঞ্জদুনা খাঙজবা
নাপদা ঙংলরিবা খোইমুশিংগী খোঞ্জেলনা
হেন্না ব্রাহনখরে রাধা
অবোনবদো হায়দোক্লকই মাগী সখীদা। ১

(মঙাশুবা ঈশৈ - রাগ গুর্জ্জরীদা শকপা)

শুমহৎপা বাঁশীগী সুবনা নীংশিংহল্লে হরিগী থুল্ল' চিন্বান
মীৎচিনা খোই খোই মায়থোংনা পৈবপ মণিকুণ্ডলনা ইহাই হাই।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো। ২

ব্রাহোংগী চূড়ানা ওইখি মাগী শল্লাং লুহুপ থাবল্লক্তা
মাগী নোংহৌ কুচু ঙমজ' হকচাংদা থোল্লিবা
সনা ফীগেদা নোংথাং মচুনা লৈতেংবা।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো। ৩

মাদি মথোই হেন্না কাখরে তুংয়ান ফজবী গোপীনা চুপ্লদ'
পোহাল মান্ন ঙাংলবা থুম্ন' চীনবান মোমোন্নখরে খঙহৌদনা ।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো । ৪

গোপী লিশিং কোনশিল্লী মিহুলনা খপ্লবা মাগী চাওর' পাম্বোমনা
অহিংগী অমম্বা ঙালহল্লি মাগী হকচাংদা লৈতেংলিবা মণিমুক্তাগী মঙালনা ।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো । ৫

মাগী লাইবক্কী চন্দন্না হেন্না ঙানখি লৈচীল্লক্কী থাজদগী
মাগী কল্ল থম্মোইদো থাবোমথক্তা য়ৈশিল্লিবা থোঙনানি ।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো। ৬

সমুদ্রগী লিন মাল্লবা মাগী মণিকুণ্ডল নাইন্না নাপদা মপা লৈতনা ফজরিবা
মাগী সনা ফীগেনা তপ্পা চিংবদা সাধু লাইয়াম খিবিক্কী মাল্লিদো সভাযাত্রা।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো। ৭

লৈশাৎ তল্লিবী পাম্বী অমগী মখাদা কোকহনবিখি ঐগী অকিবা
কুপ্ল' মিৎয়েং কয়ানা নুংঙাইহনখি ঐগী থম্মোই মতোল লোম্না ।
থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ল নৌন নোক্ল লক্ল ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো। ৮

জয়দেবগী ঈশৈনা শকচরি মাগী নীংথির' শক্তম মধুঙম্বা
হরিগী খুয়া থম্বালতবু নীংশিংলিবা মতিক লৈরবা মীপুম কয়ানা ।

থম্মোইদা মমি তাররি হরিগী নৌর' জগোয়দো
থেক্ক নৌন নোক্ক লক্ক ঐহাকপু 'সিদনি শাখিবদো। ৯

পামজরুই মাগী ঙাওর'শাজৎ ঐগী থম্মোইনা
তাহল্লি ঐনা ব্বারৌজবসে অরানবা
পোকহল্লি নুংঙাইবা ঙক্ক' মওংদা
ফোঙদোক্লি মাগী মরাল য়ানিং য়ানিংদ।
নহা ওইরিবী নুজা কয়াগী মনাক্তা
মানা চৎখিবদো ইনাক্তগী ঈখৌ লাংবা কোক্লুনবা
নীংবা কায়হৌরে ঐগী থম্মোই ইতা
অমুকসু পামজরি কৃষ্ণতনা হল্লকপা ইনাক্তা
ঐদি করি ওইরসিগে ? ঐদি করি ওইরসিগে ? ১০

(তরুকশুবা ঈশৈ - রাগ মালবতা শকপা)

চীক্লবা অহিংদা কুঞ্জগী খাংপোক্তা
ইবুংঙো মানা লোৎলিবা
কাম্না মৈচাক্লদুনা মায়কৈ খুদিং ঐনা
তথক তথক য়েংলিবা ।
হে সখী! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১১

উনবমক্তদা ইকাইজবী ঐবু
মীশুম ব্বাহৈনা পেলহনবিবা
মোমোন মীনোক' লোয়ননা
ঐগী থাখুমফি কোমহনবিবা

হে সখী! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১২

থোৎলবা উনা'ই ফমুংদা হীপথখি মানা ইথক্তা
মাবু কোল্লি চুপ্তুনা
কোল্লি মানা ঐবুসু
ঐগী চীনবান চুপ্তুনা ।
হে সখী! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১৩

প্রেম্না চোকথরদুনা
ঐগী মীৎলু উইথরকপা
ৱাবনা হুমাং চোৎলকপা
মানা ময়ায় কারকপা ।
হে সখী! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১৪

কোকিলগীদি খোঞ্জেলগুম ঐনা থোৎনা ঙাঙজবা
শল্লাং শম্নুন থোকপিবা
ঐগী থাবোম অনীদা
খৃজিল মফম থম্বীবা ।
হে সখী! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা

শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১৫

খোঙ অনীদা মণি নূপুরগী খোঞ্জেল
রতি লীলাগী শুমহৎয়াই
মেখলানা কোমথরকপা
শম্লাং পায়দুনা চুপ্পিবা।
হে সখী ! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচবিবী ঐগা। ১৬

ঐনা নুংঙাই ঙমখৈবা
মানা মীৎস্না উইরুম্বা
হকচাংসিনা উরীগুম
উনা'ই শয্যাদা লেকথবা ।
হে সখী ! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১৭

জয়দেবনা শকচবা শ্রীমতি' য়াথং ওইবা
রাধা মাধব অনীগী
প্রেম লীলা ঈশৈনা
তাবী পাবিরিবগী নুংঙাইববু পীবিসনু।
হে সখী ! কেশি হিংচাবা হাৎপা
শুমহৎয়াই পুবা মাগা
শান্নহল্লু কামগী লীলাতবু পামজরদুনা
লাকচরিবী ঐগা । ১৮

হে ইতা ! বনগী মনুং' ইবুংঙোনা শান্নবদু উরগা
ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে
ঐবু উবদা ইবুংঙোদি ইকাইদুনা খুত্তগী
তাখি বাঁশী লৈমায়দা
পীশুম্না খোইখোয়নরিবী ফজবীশিং লাম্থোক্তুনা
মীৎচিনা ঐবু য়েংলকই
হুমাংনা চায়রুং চোৎলবা নীংথিরবা মীনোক্তা
মানা মোমোন নোক্লকই । ১৯

হে ইতা, ঙাংঙ্ঙানবা মনানা ইপুঙ পুঙনা লৈতেংবা
অশোক বনসে নীংথিরে
বসন্তনা চঙলকপদা নৌব' মনা মপালনা
হাইনা হুম্না শান্নবিবা চাংদমনিংঙাই লৈতরে
উপবনগী নুংশিত্তি ঈংই শেংই লিরি শীৎলি
খোইমু খোঞ্জেলনা পূক্লিং হুই
অদুবুনে ইতা, কায়ন মৈব্রাযনববী
ঐঙোন্দদি ঈংলবা নুংশিৎ
খোইমু খোঞ্জেল হৈনৌ মপাল ময়ামসিনা
পীবি অব্রাবা খোইনা হেন্না। ২০

*" নীংঙাইদবা শ্যাম" গীতগোবিন্দগী অনীশুবা শকক্লি ।*

# অষ্টমশুবা শরুক

## নুংবঙনরবা মধুসূদন

কৃষ্ণদো কংসগী য়েক্লবা
নীংশিংলক্লে রাধা ।
নীংশিংলক্লে মমাঙগী পুন্সিদো কাউরুরবা
থাদোক্লক্লে গোপীশিং ফজরবী নুজাশিং। ১

থিবা ফংলক্রবদা রাধিকাবু মহাক্লা
নুংশি তেন্না পানখরে ব্রাজরবা পূক্লিংদা
যমুনাগী তোর্ব্বানগী কুঞ্জবুদি অমদা
লৈখরেনে মাধবনা অব্রা পোৎলুম পুদুনা । ২

### (তরেৎশুবা ঈশৈ - রাগ গুজ্জরীদা শকপা)

মানা ঐবু উখরে নুজাশিংনা কোয়শিল্লিঙৈ
অদুগসু চৎখরে ঐদি ইকাইজহৌরে
ঙমহৌদরে খামজবা ।
অব্রাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ব্রারৌনা। ৩

করি তৌগনি মহাক্লা করি হায়গনি ঐঙোন্দা
মাবু কুইনা থাদোক্লবা অসিদা !
পামজদরে ঐদি ঐগী ইরল ঐগী মী

ঐগী মপোক ঐগী ইয়ুম ।
অব্রাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ব্রারৌনা । ৪

ঙংশিল্লকপদা খোইমুনা 'থক্তা কোয়পাই পাইদুনা
মহাক্কী মাইথোং শাউরবা
ওইখরে থম্বাল অঙাংবা
উরি ঐনা মহাক্কী পীশুমদো খোইরপ তারবা।
অব্রাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ব্রারৌনা । ৫

লৈতাদ্রবা থম্মোয়সিনা লৈরে নীংশিংদুনতা
নুংশিখিবদো মানা ঐবু ঐনা কয়াদ' পেঞ্জখিবা
হৌজিক্না ঐনা মাবু করিগী থিরি কুঞ্জসিদা !
করিগী কপ্লি অরেম্বদা !
অব্রাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ব্রারৌনা । ৬

ঐদি খঙই, হে ব্রারৌচাওবী রাধা !
ব্রাজরবী নঙগী থম্মোয় লৈতাদরে খম্বনবনা ।
খঙদবনা ঐহাক্তি নঙবু কৈদ লৈরিবা ।
ঙমজদরে নফমদা ঙাকপিনবা হায়জবা ।
অব্রাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ব্রারৌনা । ৭

খল্লরোই খল্লুই থোইনা হেন্না মখল্লি
অমুকসু মউই অমুকসু হেক মমাঙখি

কোনবীরল্লগা ঐবু অদুক চেৎন চান্নবা ।
অৱাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ৱারৌনা । ৮

ঐবু ঙাকপিরোনে হৌজিক্তি
অমুক হন্না চৎলরোই লমচৎ অদু ঐহাক্তি
নীংথিরবী রাধে ! উৎলরো শক্তম ঐঙোন্দা
নুংশি মৈৱায়নবনা লৈরে ঐদি খাঙঙমদ' ।
অৱাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ৱারৌনা । ৯

সমুদ্র ঈরোন্নুংদগী থোক্লকপদি থাজগুম্বা
কেন্দুবিল্য খুঙ্গংগী কবি জয়দেবনা
কল্ল' থম্মোয় ঈহুল লোয়ননা
শীংথাজরি হরি কোলোয় ।
অৱাবনি ! ঐগী শাজৎ অঙাওবা
ঐনা মাবু চৎহনখরে ৱারৌনা । ১০

ঐগী থম্মোয় য়েৎশিনখবে লৈরাং থম্বাল লৈখোক্লা
নত্তে লিনগী লীক্লাং পরেং ।
ঐগী ঙকশম কোয়শিনখরে অশংবা থরো মরীনা
নত্তে দাগসি হুগী মমি ।
চন্দন মকুপ তৈশিল্লে নত্তে উৎপু
নুংশি ঈখৌ লাংলবা ঐগী হকচাং শীন্নবু ।
চঙলক্কনু কামদেব শিব নিবু নীংদুনা
চেনশিল্লক্লি করিগী অদুক শাউনা ঐঙোন্দা ! ১১

পায়খৎপিনু নহাক্কী হৈনৌ মপাল তেঞ্জৈদো
ওল্লক্কনু ঐঙোন্দা নঙগী লীরুং মমায়দো ।
মঙ্গলনিদো নহাক্কী নুংশি কুম্মৈ ঐখোয়গী
অশোনববু নমহৎপা থৌনানিদো অরেম্বা ।
নুংশি ঈহৌরকপগী মীৎচি মীৎয়েং মপৈনা
ঐগী থম্মোয় চাকখরে রাধা'ই শজি মীত্তানা
কনানসু হৌজিক্তি য়াকায়হনবা ঙম্নরোই । ১২

নঙগী পীশুম লীরুংনা লোৎশিনখরে মীৎচি তেন
ওইগদৌরে অৱাবা থোৎল' থম্মোই লকানুং ।
নঙগী মুন চাউরবা শম্লাং চবুন অদুনা,
কেম্লনিদো ঐহাকসে অরোইবা চৈথেং ওইদুনা ।
খোইথুম্নবা নহাক্কী তয়ালগুম্বা চীনবান্না
শুমহৎলনি থম্মোয় অসে ।
করিগীনো নহাক্কী পুম্বুবা থাবোম্না থৱায়সিবু শান্নরিবা ? ১৩

শোক্লু বদা পীরকপা হরাও নুংওন পাউখুম
মীৎম্না অনীমক্তগী ঈপোম লাংবা মীৎয়েং
চীনবান থম্বাল লকাদ'ই পোক্লকখিবা লৈনম
ময়েক মশোল খঙদ্রবা নুংশি ৱাহৈ পরেং
তয়াল মাল্ল' চীনবান্দ'ই শিঙ্থরকপা খোইহী
শুমহৎয়াইগী শক্তম্না লোৎনা লাপ্না লৈখ্রবসু
মাবু চেৎনা কোঞ্জরি ঐগী ৱাখল মঙলান্দা
মাগী কায়ন মৈচাকসে করিগী অসুক হেল্লিবা ? ১৪

মাগী খোইখোই পীশুম্না কামদেব'ই লীরুংনি
মাগী তথক মীৎয়েংনা নুংশিবগী তেঞ্জৈনি

মাগী নাপ্প’ নাইন্না লীরুংগীদি লীরীনি
করম্নবু লোৎলিবা পাঙ্গল্লবা খুৎলাইশিং
নুংশি শকপান্নরিবী য়াইফ লাইরেম্বী অসিদা
জগৎ অসি কুইখরে মানা জয়বু তৌখিবা । ১৫

*“নুংবঙনববা মধুসূদন” গীতগোবিন্দগী অহুমশুবা শকক্লি ।*

# মরিশুবা শরুক

## পূক্লিং নৌর' মধুসূদন

যমুনাগী মপান্দা শুক্ল কুঞ্জ মনুংদা
নুংশি মৈচাক মৈৱায়নদুনা
উপাই লৈত ঙাইরিঙে আশা উদ্র' মাধবনা
হায়জরকই মঙোন্দা রাধিকাগী মতানা । ১

(নিপালশুবা ঈশৈ - রাগ কর্নাটতা শকপা)

চোকথরবী রাধানা ৱাজরবী ইতানা
হঙ্গোইখরে চন্দন মনম থাবল ঈপোম
চন্দন চীংজাউরোমদগী শীৎলক্লিবা নুংশিত্তা
য়াওখরেনে শাথিবা লিনগী হুবু তমথিবা ।
নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
খাঙহৌরি মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা । ২

নুংশি তেন্না পান্দুনা নঙবু কেম্লদরা কিজবী
নঙবু কনগে হোৎনজৈ মাগী থোৎল' থম্মোয়দা
পূক্লিং থম্বাল লৈয়োন্ন য়োমশিন্দুনা থমজরি
নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
খাঙহৌরি মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা । ৩

নুংশি তেনগী শয্যাদা
হীপচহৌরি ঙাইদুনা নঙগা শান্নগে নীংদুনা ।
লৈগী শয্যা শেমদুনা
তৌজহৌরি ধ্যানবু কোনবিরনি খন্দুনা ।

নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
খাঙহৌরি  মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা  ।  ৪

রাহুনা উল্লবী থাজনা অমৃত ঈরা শিষ্থবগুম
পিরাং পিরোইনরবী মায়থোং থম্বাল হাইগৎচৈ ।
নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
খাঙহৌরি মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা  ।  ৫

কামদেব মানবা নঙগী শক্তম য়েকচৈ লোন্না কস্তুরীনা
ঙাক্যোং তোংবা হৈনৌ মপাল তেঞ্জে পায়বা খুরুমজরি রাধানা ।
নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা খাঙহৌরি ।  ৬

অসুম্নবু তেংথাজৈ "মাধব, নখোঙ খুয়াদা তুজরিনে ঐনা
উদ্রবদা নঙগী মায়থোং থাজ মঙাল ফাওবনা চাক্লরেনে ঐগী হকচাং" ।
নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
খাঙহৌরি  মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা ।  ৭

উজনবা নীংজৈ নঙবু পৃক্লিং লুপ্পা তামথ্রবা চেংলৌ
অমুক কপ্পী অমকু নোকই অমুক ৰাপ্থে অমুক তেংথাই ।
নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজনা
খাঙহৌরি মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা  ।  ৮

জয়দেবগী নুংওল্লবা ঈশৈদা থৱায় ঈপোম  লাংনিংলবা তারো 'দুদি তারো
হরি কায়নরবীগী পাউদম অসে সখীগী ।

নুংশি মৈনা চাক্লবী রাধা নুংশি তেনবু কিজবনা
খাঙহৌরি মাধব নঙগী মুর্ত্তিবু চেৎনা কোন্দুনা । ৯

য়ুম অদো শুক্ল উমং ওইখরে চান্নরবী সখীশিংনা লাংবু ওইনা কোয়খরে
লম্মৈগুম্না চাক্লিবা মাগী কায়ন মৈচাক্তা
ফুয়না হোনবা স্বরনা মৈচাক ব্রায়বা হেলহল্লে
নঙগী কায়ন মৈচাকপু খাঙজরিবী শজিনি
কৈগী শারাক্তা কামদেব মৃতু লাইবু ওইখরে । ১০

**(মাপলশুবা ঈশৈ - রাগ দেশাখ্যাদা শকপা)**

নীংথিরবা লৈরাং পরেং মাগী থবাক্তা ঙাল্লিবা
পোৎলূম অমা ওইখরে শোঞ্জরবী নুজাদা ।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে । ১১

চন্দন অসে চোৎলবা মাগী হকচাংদা তৈরিবা
হুগী মশক ওইখরে ব্রাজরবী রাধাদা ।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে । ১২

ফুয়না হোনবা স্বরগী নুংশিৎসিনা কল্লবা
ওইখরেনে নুংশিগী মৈরীবু তমথীরবা ।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে । ১৩

লীক্লা তারকপগুম্না লৈখোক লোয়র' থম্বালদগী
মফম খুদিং শীনথুংনা পিগী ঈরা শিন্থুরি ।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে । ১৪

থোৎলবা লৈনা'ই শয্যাদো নুজা'ই মীৎনা উখিবা
যজ্ঞ' মৈফম ওইখরে ।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে । ১৫

খাঙজরিদো মহাক্না খুৎনা চুবা শৌদুনা
শিথরকপা থাজগী মঙাল হৈগোয়’ মান্ননা
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে। ১৬

‘হরি’ ‘হরি’ হায়নবু শোঞ্জে থম্মোয় শোক্লবু
নঙনা থাদোক্লম্বদা হিংলরোইদি খনববু।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে। ১৭

জয়দেবগী ঈশৈসিবু শক্লিবা তারিবদি পুম্নমক
মাধবকী চরন্দা চঙজদুনা নুংঙাইসনু ঙম্নমক।
হে কেশব নঙগীদমক রাধিকা কায়ন মৈশা লাংলেনে। ১৮

ব্রাখিবনা মহাক্তী স্বর ফুল্লে তনিক্লে
কপ্লি হাইরি লাউরি খোংলি তেংথা নাওইরি
নোঙ্খরি চেপথরি কুচু মকশিল্লি মতু চুংই
তুথৈ হৌগৎলি অমুক ব্রাঙ্খে।
অসুক কল্লবদা অপাম লায়হৌ মৈশা
শোল্লবী নুজানি ঙাওজবীনি নঙোন্দা
হিংহল্লু মাবু হে কেশব! নুংশিবিয়ু
কনবিয়ুনে মাবু লাইগী মতৌ উত্তুনা
নৎত্রবদি শোয়ররোই অশি খায়াৎ তমখিবা! ১৯

নুজা থম্মোই লায়য়েং হৈবা হে লাই ওইবা
নঙগী হকচাং কায়াৎকি শিঙ্খরকপা খোইহীতনা
নুংশি লায়চুরবীসে ঙল্লি নঙনা লায়য়েংবা।
অব্রাবসিদৈ রাধাবু কনবীররো হে কেশব!
নৎত্রবদি ইন্দ্রগী তমথিরবা বজ্রদ’ই হেন্না তমথি নহাকসে। ২০

লৈরবদি মহাক্লা হেদো নাহে চন্দুনা
নুংশি লায়হৌ লায়নানা মৈচাক মৈবায়নদুনা
অঙকপগী মতৌনি থবায় মিহুল তপথরি
যা চন্দন থাবল থম্বাল পুখ্রি নীংশিংবদা ।
বানা বানা মহাক্লা নঙবু নীংশিংজরকপা
উজরগা নুংশিবা নঙগী ইংল' হকচাংবু
ফংলে খঞ্জে হিংবগী মিহুন অদু অয়োনবা
তোল্লবীদি নুজাসে হোঞ্জরক্লে স্বরসে মীৎকুপ অমা মরুমদি । ২১

মমাংঙৈগী মতমদা নঙগা কায়নদ্রিঙৈদা
মীৎন কুপ্প'ই ঙাইহাক্তং উদদুফাও' খাঙঙমদে
মতম অসুক কুইনবু কায়নরবা অসিদা
হৈনৌ মতোলগী মপালশিং উর' করম হিংগনি ! ২২

*"পুক্লিং নৌব' মধুসূদন" গীতগোবিন্দগী মবিশুবা শকল্লি ।*

# মঙাশুবা শরুক

## নুংশি ঈথৌ লাংলবা থম্বাল মীৎতানবা কৃষ্ণ

" চৎলো নহাক রাধানাক' ঐ সিদা লৈরমগে
ঐগী ৱাহৈশিংসিনা পুরকউ মাবু থেমদুনা" ।
য়াথং অদু মাধবকী পুরদুনা মতাসে
রাধিকাগী মনাক্তা পাউদম্নবা চৎখরে । ১

(তরাশুবা ঈশৈ - রাগ দেশবরাড়ীদা শকপা)

মালয় চীংজাউদগী শীৎলকপা নুংশিৎনা
পুরক্লে ঈরাং অপাম নুংশিগী
শাৎলে লৈরাং হরাও তয়াম
ওইররে নুংশি খাইনা মৈচাক ।
ইতা, বনগী লৈরাং পরেং থোল্লিবা কৃষ্ণ
নঙগা কায়নবদা খাঙহৌই ৱানা । ২

ঈংল' থাজ মঙাললা মৈবু ওইনা চাকহৌরে
অশিবগী পাম্বক ওই
নুংশি তেল্লা মাদি পালহৌরে
নীংঙম্বব'ই তেংথা ওই ।
ইতা, বনগী লৈরাং পরেং থোল্লিবা কৃষ্ণ
নঙগা কায়নবদা খাঙহৌই ৱানা । ৩

খোইমু ময়াম ইলহৌই নুংশি ঈশৈ শকহৌই
মাদি নাপ্ল অনী মেন্দুনা খাঙহৌই।
শোকহৌরে থম্মোই নঙনা মীরায়বিবদা
ওইহৌরে অৱাবা অহিং অহিং খুদিংদা ।
ইতা, বনগী লৈরাং পরেং থোল্লিবা কৃষ্ণ
নঙগা কায়নবদা খাঙহৌই ৱানা । ৪

শুক্লবা বন্দা লৈহৌই মানা
নুংঙাইবা শঙ্গাই থাদোক্তুনা
খুনীং কাঙনা লৈমায়থক্তা
অরোইবা স্বরদা কৌহৌই 'রাধা রাধা' হায়নবু ।
ইতা, বনগী লৈরাং পরেং থোল্লিবা কৃষ্ণ
নঙগা কায়নবদা খাঙহৌই ৱানা । ৫

কবি জয়দেবনা শকচরিবা ইবুংঙোগী কায়ন ৱারীনা
প্রেম্না থল্লবা পূক্লিংদা হরিনা ঙানবিরসনু ।
ইতা, বনগী লৈরাং পরেং থোল্লিবা কৃষ্ণ
নঙগা কায়নবদা খাঙহৌই ৱানা । ৬

নঙবু ঙাইহিরি মাধবনা হৌজিকমকসু ইবেম্মা
নুংশিবগী বননুংদা নুংশি চীল্লোক্লফমদা
নঙগী ৱাখলদা লুপহৌরি তুমদ হীপ্ত লেলহৌরি
রাধা রাধা শোন্দুনা মালা জপ্পু তৌহৌরি
থাবোম অনী কোঞ্জবগী অমৃত ফংগে নীংহৌরী । ৭

(তরামাথোই শুবা ঈশৈ - রাগ গুজ্জরীদা শকপা)

নুংশি ঈখৌ কোক্লবা হরাও নুংশি পোক্লবা ফিজোন্দুনা চৎলি হরি মানা
হে তুংয়ান ফজরবী থীল্লগনু চৎলো থবায় ওইবা মাগী মনাক য়ৌনবা।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং পরেং থোনবা কৃষ্ণনা । ৮

বাঁশীগী নুংশিবা খুৎখক্তা নঙবু 'রাধা' 'রাধা' হায়না কৌহৌরি ।
মালংবনা হুন্নকপা থোংল' হকচাংদা পক্লিবা লৈরীকশিংদো পামজরি ।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা । ৯

উচেক মশা খপ্পকপা উনা অমা লেংববু নহাক লাক্লে খন্দুনা
শয্যা শেম্মী কৃষ্ণনা নঙনা লাকপা য়েংদুনা লৈজরি খৌরাংনা।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা। ১০

খোংজি অদু থনপ্লো অপনবা ওইরনি খোঞ্জেলনা
চৎলো ইতা শুক্র কুঞ্জনুংদা অশংবা ফিজোলদা অমম্বা মপৈ লোয়ননা।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা। ১১

অঙৌবা ব্রাহ্মনুগুম মন্ন লৈচীল্লক্কী নঙগী লৈ পরেং তারি কৃষ্ণ'ই থবাক্তা
ঙাল্লি নঙনা নোংথাঙগুম নুংশি পন্দোল শক্তম লাংলি মাগী হকচাংমথক্তা।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা। ১২

কামহল্লো ফীজোল হাঙহল্লো খ্বাং থো ক্লো খ্বাংয়েৎ
রাধে নঙগী হরাও খুদোল ওইরে ফু ম্লুরবা লনগৈ ।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা । ১৩

চাউথোক্লবা হরিনি লোইশিল্লক্লে অহিংসু
ৱাশক্লম্বা পাঙথোক্লো হরিগী নীংবা থুংহল্লো ।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা । ১৪

হরিবু নীংজবা জয়দেবনা নীংথিবা শৈরোল শকচরি
হে বৈষ্ণব! নীংজৌ নোঞ্জৌ হরিদা পুন্য চেল্লু হরিগী নীংবা থুংহল্লু ।
মালং ঈপোম লাংলিবা যমুনা তোর্ব্বানগী কুঞ্জলক্তা
নঙবু ঙাইজরি বনগী লৈরাং থোনবা কৃষ্ণনা । ১৫

অশাংবা স্বর লেপ্তুনা হোল্লি ফোঙদোকচরি অৱাবা
অহাঙবা মায়কৈদা লেপ্তুনা থিরি ফংলরোইদবা মায়কৈদা
কুঞ্জদা চঙই হন্না হন্না ৱা ঙাঙল ঙাঙলদুনা
হোল্লি স্বর ফূ ইনা ফূ ইনা শেমজৈ শয্যা হন্না হন্না
য়েংই অহাঙবা শয্যা খল্লি অরেম্বনি
নীংথিবী রাধে খাঙহৌরি ৱানা নবুংঙোনা
নঙগী নুংশি ৱাখন্না লাইমনবুদি ওইদুনা । ১৬

তাখরে ঙাংঙ্গানবা নুমিৎসু নঙগী অথোই নাপলগা লোয়ননা
মমশিল্লক্লগা হেন্না হেন্না ঙাওচৎনরক্লি থোইনা হেন্না
নাইতোম তারবা কোকিলগী শুমহৎনরবা খোঞ্জেলদা
খোম্থাঙ য়ৈরি ঐগী পাউজেলসে
হে অপঙবী, থীম্থবনা ওইজররোইনে
অপাম নুংশি উনবা হৌজিক মতম ওইরেনে । ১৭

অপাম নুংশি অনীনা উনরবদা অমম্বদা
চুপনৈ, চুপ্পা কোনশিন্নে ।
নুংশি ময়াই হেল্লকপদা হকচাংদা খৃজিন্না শিক্লে
ঙাঙনরকপদগী খঙনরক্কুনা অমম্বদা চঙশিন্দুনা
নুংশি কুম্মে হৌরবদা ইকাইবগা য়ান্নরবা করম্বগী রসনা
ওইরোইদবা করি লৈবগে ওইনি লোইনা ওইরনি । ১৮

অমম্বা লম্বীদা নহাক্লা কিনা কিনা য়েংজবা
খোঙথাং তপ্পা থাংদুনা উখোঙ খুদিং লেপচবা
হকচাংদদি নুংশি ঈপোম লোন্না তুমিন চৎচবা
রাধে, নঙবু য়েংলি কৃষ্ণনা
লাকপগী হরাওহল্লো মাবু নঙনা । ১৯

*"নুংশি ঈখৌ লাংলবা থম্বাল মীৎতানবা কৃষ্ণ"*
*গীতগোবিন্দগী মঙাশুবা শরুক্কি ।*

# তরুকণ্ডবা শরুক

## তপথগ্রবা কৃষ্ণ

চংগুমদ্রবী রাধাগী মতৌ বামনখিবনা কুঞ্জ থাদোক্তুনা
তমঁজে মতানা নুংশি মৈনা মৈবায়রবা কৃষ্ণগী মফমদা। ১

(তরানিথোইগুবা ঈশে - নট রাগদা শকপা)

লৈহৌই অচীকপদা নঙবু য়েং নঙগী খোয়থুম্নর' চীনবান খোইহী থকপীদো
হে হরি, বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ২

নঙগা উননবা চেনশিনবদা তহ্য তহ্য
খোঙথাং খুদিং খুদি থি তুশিনখরে মানা
হে হরি, বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৩

কায়ন মৈচাক ঈংনবা থম্বৌ খুজি শাদুনা
শিজরগা মদুবু হিংহৌরিনে মাদি অনৌবা উনানা কুপ্লদুনা
হে হরি, বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৪

নহাকুম্না মহাকসু ফিজেৎ লৈতেংজরগা হন্না য়েংথজরগা
খঙ্গে মতোমতা "ঐসে কৃষ্ণনি, মধুগীবু য়েক্লবা"
হে হরি, বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৫

"ঐগী নাক্তা থীন্দনা করি লেঙঙক্তে হরি"
হংজৈ লেপ্পা লৈতনা কনাগুম্বী মতাদা
হে হরি, ব্বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৬

মপাল নাইদ্রবা অহিংগী লৈচিল শক্তম্বা অমম্ববু
কোঞ্জরগা চুপচৈ হায়জৈ "হরি লেঙলক্লেদনা"
হে হরি, ব্বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৭

মাঙখরে মাগী তপচ-নৌজ লৈথোক্লিঙৈ নঙনা মফম'সিদা
তেংথাজরি মাদি কপ্লে হীক্লা হীক্লা নুংশি থৌজাল ঙাইজবদা
হে হরি, ব্বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৮

জয়দেবগী ঈশৈনা
পুরকসনু নুংঙাইবা থম্মোয় পানবশিংদুদা
হে হরি, ব্বাহৌরেদা রাধাদি মাগী কুঞ্জবন্দুদা। ৯

অপাম্বনা নীকখরে মাগী হকচাং থূমহৎলে
চম্মনর' ব্বাহৈদা মাগী স্বর ফুনখরে
অব্বাবগী খোল্লাওদা মাগী খোঞ্জেল শেনখরে
হক্ল' নুংশি ব্বাখলনা পূক্লিং খুদুম চনখিবনা
লুপখরেনে রাধাদি অপাম নুংশি ঈপাক্তা
নঙগী ব্বাখল খক্তনা মাগী লাইনীং ওইখরে, হে লৌনম চাউবা। ১০

উনা অমা কেল্লকপদা উচেক মতু তারকপদা
নঙবু লাক্লে নীংজদুনা শয্যা তন্না শেল্লগা
মতম কুইনা ঙাইজখি নঙগী ধ্যান্দা লুপ্তুনা।
মওন মওন খনবা শয্যা তোয়না শেম্বা অনীংবা কয়া ফোঙদোকপা

মখল মথেল লীলানি মানা শান্নজরিবা
অসি ময়াম ওইদুনসু তোল্লবীদি নুজাসে
নহাক য়াওদ’ হিংলরোই ঙসি অহিং ইনুংসে । ১১

*“তপথব্রবা কৃষ্ণ” গীতগোবিন্দগী তককশুবা শকল্লি ।*

# তরেৎশুবা শরুক

## মরৌ চাওবা কৃষ্ণ

অহিং মতম ওইরবদা থোরক্লে থাজ নোংপোক্তা
কনাগুম্বী কাহেন্লুবীগী অরোল অথুপ শাজংতা
মণ্ডালনা পম্থিং ওইরুব'ই পাপ্ন মায়হীং কারবা,
শেংল' 'তিয়া লাইবক্তা নম্বা চন্দন মানবা থানা
বৃন্দাবনবু ঙালহনখ্রে থাবল ফিডৌ শন্দোক্লুনা । ১

থানা অসুম কারকপা মাধবনা নীংঙাইখিদবা
নাইতোম্নরবী রাধাদি হীক্ল হীক্ল কপ্পুনা
থম্মোয় মৈচাক ফোঙদোকচখি চাক্লা । ২

(তরামাথোইশুবা ঈশৈ - রাগ মালবতা শকপা)

উননবা হায়নখিবা হরি মাদি লাকখিদ্রে
ঐগী নহা ওইবগী মপাল নাইদ্র' ফজবা
অরেম্ববু ওইখরে ।
কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা। ৩

মাগী মতুং ইঞ্জরুই মন্ন' অহিং' বন মনুংদা
নুংশি তেন্না থাবিদুনা থম্মোয় থিঙ্গায়বিরম্বা

কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা। ৪

কান্নদ্রবা হকচাংসে হিংগদৌগী শরুক্তা হেন্না ফরে শিখিবনা
কায়ন মৈচাক পুগদৌরি করিগী অরেম্বদা অসুম্না ?
কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেল সু ওইররেদো মীনম্বা। ৫

ঐগী অচীকপা অসিদা অহিংসিনা ওৎলরে নীংথিরবী বসন্তগী
কনাগুম্বী নুজা অমনা হরি' থৌজাল ফংলম্মনি !
কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা। ৬

হকচাংদবু শিরিবা খুজি লৈতেং ময়ামনা
ৱাহল্লেনে ঐবু হরি কায়ন মৈচাক্কা লোয়ননা।
কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা। ৭

ঐগী শোল্ল' থম্মোয়সিদা লৈ পরেং অমন'ফাও পীররেনে চৈনা
তমথীরবা বিধিগী নুংশি তেন্না থুম্না য়ুররে থোৎলবা থম্মোয়দা।
কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা। ৮

উরী উনা ময়ামগী মরকসিদা ঙাইজরি
নীংশিংবীদ্রি মানদি থম্মোয়দা খজিক ফাওবিদ্রি।
কনাদনো হৌজিকসু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা। ৯

শ্রীহরি' চরন্দা চঙজরিবা কবিদি জয়দেব'ই ঈশৈনা
নৌর' কলানা তিল্লবী নুজা অম'ই মতৌগুম থম্মোয়নুংদা লৈসনু ।
কনাদনো হৌজিকপু ঐনা চঙজরুদৌবা
ইতাশিংগী পাউজেলসু ওইররেদো মীনম্বা । ১০

কনাগুম্বী চান্নবী নুজা অম'ই মকাদা চৎখ্রবরা মহাকপো !
কনাগুম্বী সখীনা লৌনম তাৎপু তৌদুনা ফাখ্রবরা মহাকপো !
মল্ল' বনগী মরকসিদা কোয়ঙাওননা চৎখ্রবরা !
ঐগা কায়ন মৈচাক্লা লম্বী চৎপা ঙমদ্রদুনা
উরী উনা ফাওদুনা উন্নফমসি তান্নবু
লাকপা ঙমখিদ্রবরা ? ১১

কৃষ্ণ য়াওদ' লাক্লিবী মায়থোং লু রুক্করিবী
ব্ববনা ব্বাসু ঙাঙদ্রবী সখীদুবু উরগা
মবুংঙো কৃষ্ণদি কনাগুম্বী অমগা
শান্নখ্রবোই নীংদুনা হায়খি রাধানা মতাদা । ১২

(তরামরিশুবা ঈশৈ - রাজ বসন্তদা শকপা)

নুংশি লানফম থেংননবা মতীক চানা লৈতেংলবী
শমজিরৈনা কেথদুনা নঙ্গন্দা হাই হুল্লিবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়ননা । ১৩

কোল্লুবদা হরিবু মশা পূম্বা তুজুংলবী
কল্ল' থবাক ঙানফমদা লীক্লাং পরেং হাইরিবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়ননা । ১৪

থাজ মানবী মায়থোংদা খোইখোই শল্লাং' কূপ্লিবী
হরিগী চীনবান চুপ্লবদা খৌরাংবনা চোকথরবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়নননা । ১৫

নাপ্পগী নাইন অনীনা চুবা অনী ঙাল্লিবী
তুংয়ান অনী নোম্বদা খ্বাঙশরীক্লা তাম্থারিবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়নননা । ১৬

নুংশিবনা য়েংলকপদা ইকাই মোমোন্নরিবী
মুরুম মুরুম শোনবনা কামগী ঈনোৎ হাপ্লিবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়নননা । ১৭

হকচাং পুম্বা তুজুংবনা তনিক তনিক্লরিবী
ফুইনা হোনবা স্বরনা নুংশি ঈথক হৌহনবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়নননা। ১৮

নীংথিরবী হকচাংদা হুমাং মরীক কারিবী
নুংশি লাহৌংনবদা কৃষ্ণ'ই থবাক্তা হীকথরিবী
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়নননা। ১৯

জয়দেবনা শকচবা হরিগী লীলা অসিনা
কলি যুগকী অমম্বা কোকপিসনু মসিনা।
কনাগুম্বী নহা ওইবী মতৌ লৈবী নীংথিবীগা
হরাও মথোই কামিন্নরি মধুসূদনগা লোয়নননা। ২০

কায়না মৈচাক্লা তাইরবা কৃষ্ণ'ই মায়থোং মাল্লবা
থাজসিনা হে ইতা থম্মোয় মৈচাক কোকহল্লে।
কামগী মৈচাক অসিবুদি থোইনা হেন্না কলহল্লে
কামগী চান্নবী ওইবনা। ২১

(তরামগুাশুবা ঈশে - রাগ গুজ্জরীদা শকপা)

মায়থোং থাবু চুপনীংব'ই চীনবান ঈথৌ ফোঙদোকপা
মাগী মায়থোং থম্বালদা
থাগী শজি শক্তম্বু কস্তুরী চন্দন লোয়ননা য়েকপিখরে কৃষ্ণনা।
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা। ২২

মুর’ নোংগুম নীংথিবা নুংশিবগী শজিনা শান্নজফম বনগুম্বা
নুপা নহা ওইবনা য়েংনিংবনা খোয়রাংবা শন্নাং মপৈ অদুদা
নোংথাঙগুম্না ফজবা জুবাকুশুম লৈরাংবু থেৎচিনবীরে কৃষ্ণনা ।
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা । ২৩

থাবোম থম্বাল অনীদা কস্তুরী চন্দন তৈবিরি
খৃজীন্না থাজ ’মিগুম মণিনা থব্রান থোকুমই ।
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা । ২৪

থম্বাল লৈনা মাল্লবা খুদাংদবু হরিনা হুকপা মণি খুজিনা
তাইর’ পাম্বোম লৈখোক্তা খোইমু শয়োম তোংগুমই ।
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা । ২৫

মাগী তুংয়ান পাক্লবা নুংশি তাঙবল তুনফম অপান্নাংগী লাইশংনি
জয়বু ওইব’ই খুদম ওই মুক্তা খ্বাঙলী শিবীরি মদুদবু হরিনা ।
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা । ২৬

মণিনবু লৈতেংবা য়েন্নৌগুম্বা থাবোমনা থাঙৎলিবা খোঙদুদা
কুমকুম তৈরি হরিনা লক্ষীবু ইকাই খুম্ননা ।
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা । ২৭

বলরামগী মনাওদি পুকচেল লেপ্তু'অদুগা শান্নরিঙৈ খরগা
কুঞ্জসিবু শাউরুবা করিবুদি কান্ননি হায়বিয়ুনে ইতা - ও!
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা। ২৮

কবি নিংথৌ জয়দেব'ই ঈশৈ ঈপোম তাহ্মাদা খোঙ্খাং য়ৈরি হরি'গুন
লোইখ্রসনু তমথীবা কলি যুগকী লীচৎশিং মুরারীগী খুয়াদা ॥
যমুনাগী মপান্দা নিকুঞ্জগী মনুংদা
শান্নরিনে হরিনা নুংশি লীলা হরাওনা। ২৯

নুংশি হৈত্র' মীওৎপদো লাকপীদ্রগা ইতা
করিগীবু ব্রাজরুনি রাধা ঐগী দুতিনা!
নুপীশিংগা মহাক্তি কেনবনি ইঙাও ঙাও
নওগী নরাল করিনো!
য়েংউ ইতা মহাক্কী নুংশি নৌথ' লীচিংনা,
চিংশিনবীরি থম্মোয় অসে ব্রারবা
চৎচখিনি মতোমতা হরি মাগী মকাদা। ৩০

(তরাতরুকশুবা ঈশৈ - রাগ দেশাখ্যাদা শকপা)

অহিংগী অশংবা থরোনা হাইহন্বগুম নুংশিত্তা হরিনা মীৎয়েং চঙবীরি
থোৎলবা লৈগী শয্যানা চাকথেকহল্লী সখীদো।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা! ৩১

শাৎকায়রকপদা থম্বালগুম লেঙলি হরিগী চীনবান্না
কল্লবা নুংশি তেৌঞ্জেনা যূবা গুল্লোই সখীদো।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা! ৩২

অমৃত চেনবা খোইহীগুমই হরিগী মেঙলবা ৱাহৈদো
মলয়াগী নুংশিংনা খুইথহল্লোই সখীদো ।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা ! ৩৩

জুবাকুশুম মাল্লবা মখোঙ থন্নাল খুবাংনা ঙাল্লিবনি শ্রীহরিনা
ঈংল' থাজ মঙালনা পংথহল্লোই সখীদো।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা ! ৩৪

নোংনা লুমথরক্লবা বস্ত্রগবু পাংথক্লি শ্রীহরি' কুচুদি
কায়নবনা থস্মোয়বু কায়হল্লরোই সখীদো।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা ! ৩৫

চাংয়েং নুঙদা সনাগুম লংলি হরিগী ফীগেনা
মনাইশিংনা ওৎপনা ৱাহল্লরোই সখীদো।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা ! ৩৬

মাগী মখোং কারকপনা নানবিরি হরিনা জীবশিং
খাঙমদবা অৱাবা ফাওররোইদো সখীদো ।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা ! ৩৭

জয়দেবনা শকচবা ঈশৈ শৈরোল অসিনা
লৈবিসনু হরিনা থস্মোয়নুংদা নহাক্কী।
বনমালা থোল্লিবা কৃষ্ণনা কোনশিল্লি মাবু ইতা ! ৩৮

মালয় চীংদ'ই শীৎলকপা হে নুংশিৎ নামিবা !
নুংশি পাউজেল পুদুনা নঙনা কাইদ শীৎপদা
চানবিরম্মু ঐহাকপু কোকহল্লম্মু অমম্না ।
জীবগী থৱায় পীনবা হে খারম নামিবা

মীৎকুপ মত্তং কৃষ্ণবু থম্বিরগা ইমাঙদা
লৌরো ঐগী থবায়সে । ৩৯

ঐগী লোয়নবীশিংনা ঐগী য়েক্লবা ওইরে
অইংবা নুংশিৎনা মৈগুম্ন শাখরে
থাজগী অমৃতসু হবু ওইখরে
কৃষ্ণনা থম্মোয়দা ঐবু ওৎপিরে ।
তমথীরবসু মহাক্না লৌশিনবা তারি ঐহাক্না ।
মীৎম্না থরো মাল্লবী নুজা ওইবী মখোয়না
ওইরোইদবদা মঙাওজৈ অপাম্বগী তরঙদা । ৪০

চন্দন চীংজাওগী হে নুংশিৎ! পীবিরো ঐঙোন্দা অৱাবা
হে কামদেব ! লৌবিরো ঐগী থবায় নঙগী তেন্না
হল্লরোই ঐহাক অমুক য়ূমদা।
হে যমুনা তুরেল, যমগী মচন ইবেম্মা !
করিবুদি কান্নরি নহাক্কী থৌজাল অদুনা
লাকশিনবীরো ঐবু ঈথকসিদা
মৈচাক অসে কোকচরগে খুদক্তা। ৪১

*"মরৌচাওবা কৃষ্ণ" গীতগোবিন্দগী তরেৎশুবা শরুক্তি ।*

# নিপালগুবা শরুক

### ইকাইজরবা কৃষ্ণ

অহিং চুপ্পা খাঙজরবী রাধা
অরেম্ববু ওইখরে নুংশি তেন্না পান্দুনা
চান্নথোইবনা মকাদা নোল্লরবদা ঙাকপিয়ু হায়না
শীরকই ময়াল তমথিনা। ১

### (তরাতরেৎশুবা ঈশৈ - রাগ ভৈরবীদা শকপা)

অহিং চুপ্পা তুমদনা অপাম ঈপাক্তা লুপ্পবগী মীৎস্না অনী ঙাংজুনরে
কাউবা ঙমদ্রবা রসবু উইরুম উরুম্বা মীৎস্না অনীনা ফোঙদোক্লরে
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিরো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপীরনু !
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পুক্লিং'গী অৱাবা। ২

কাজল তৈরবা মীৎপালদা চুপ্পবগী নচীন্দো
অঙানবা অয়ুকসিদদি নশা'ই কুচুগা মান্নরে, হে কৃষ্ণ !
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিখরো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু !
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পুক্লিংগী অৱাবা । ৩

কামগী লানফমদা নহাক্কী হকচাংদা শিকলকপা খূজিনগী মমিনা
শংবান্নর' মণিদা রতিগী জয়পত্রগুন্নি সনাগী ময়েক্লা ইরবা।
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিখরো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পূক্লিংগী অব্বাবা ! ৪

মখোঙ থম্বালগী অঙাঙবা কুমকুম মরীক্লা থবাক্তা তৈবা অদুদি
কামগী লৈপালগী লৈরাংনা হকচাং পান্দা শাৎলকপনি ।
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিরো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু
লেঙখবিরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পূক্লিংগী অব্বাবা । ৫

চীনবান্দা থন্নকপা মাগী য়াখুন্দুনা খোয়শাউনহল্লে ঐবু
হৌজিকপু করম্না তিন্নরুনি ঐখোয় অনীগী হকচাং অনীসু ।
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিখরো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোহনগনি মানা নঙগী পূক্লিংগী অব্বাবা । ৬

অমুবা কৃষ্ণ, নঙগী কুচুদগী থম্মোয়না হেন্না মুরমগনি
নুংশি লায়নানা লায়চুরবী অমবু করম্না মীনম্বিরি !
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিখরো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পূক্লিংগী অব্বাবা । ৭

বন্দা চত্তুনা শোঙ্গরবী কয়াবু নঙনা মাঙহনবীরগা করিগী ঐনা ৱারুরি ?
অঙাং ওইরিঁঙে নুপী হাৎপগী লমচৎতো পূতনাগী থৌদোক্লা তাক্লবনি ।
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিখরো কেশব চৎপিখরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পূক্নিংগী অৱাবা । ৮

জয়দেবনা শকচবা অপাম চৈনা খাঙজবী মিহৌচাওবী নুজা'ই ত্তেংথাখোল
তাবিয়ু মুণিশিং অমৃতবু হেনবনি স্বর্গমক্তদসু ফংদবনি ।
তাৎতৌবা মাধব লেঙবিখবো কেশব চৎপিরো
অমুক লৌনম লাংথাকপিরনু
লেঙবিখরো নুজা মাগী মকাদা হে কৃষ্ণ !
কোকহনগনি মানা নঙগী পূক্নিংগী অৱাবা । ৯

মখোঙদা তৈবা কুমকুম্না নঙগী থম্মোইদা চুরকপসিদি
চান্নবীবু নুংশিমনবদো মপান ফাওনা পাথোককুল্লে ।
হে লৌনম চাউবা, ঐনা উরিবা শক্তম মসিনা ঐখোয়' নীগী প্রেম মাঙহল্লে
নঙবু উদবগী ঙসাইমখে ৱারম্না মদুদৈ হেনবা ইকায়বা অমগুম থোকহল্লে । ১০

*"ইকাইজববা কৃষ্ণ" গীতগোবিন্দগী নিপালশুবা শকক্রি ।*

## মাপলশুবা শরুক

### পূক্লিং লৈতাদ্রবা কৃষ্ণ

ইবুংঙোবু বিলাপ তৌরুবগী
ইবেম্মনা মৈশা লাংলবী
কৃষ্ণগী লীলা চরিতপু নীংশিংলিঙৈ অদুদা
সখী অমনা অসুম্না হায়জরকই মঙোন্দা। ১

**(তরানিশালশুবা ঈশে - রাগ গুর্জ্জরীদা শকপা)**

বসন্তগী খোইহী পুবা নুংশিৎনা শীৎলবদা লাক্লেনে হরিসে
'সিদগী হেন্না নুংঙাইবা ইতা সংসারসিদা করম্বা লৈরিবগে
বারৌচাউবী রাধে বারৌবিনু মাধবপু। ২

শাৎকায়রক্লিবা নওগী থাবোম থম্বাল হেন্না মৃল্লে কোনা মহৈদগী
মখোয়গী নুংশি লৈনমদো মাঙহনগনি অরেম্বদা করিগী !
বারৌচাউবী রাধে বারৌবিনু মাধবপু। ৩

বাফম অসি কয়ারক হঞ্জিন হঞ্জিন হায়খোগে !
হরিনা নওবু মিতারকপদা লৈথোকপবু তৌফদে।
বারৌচাউবী রাধে বারৌবিনু মাধবপু। ৪

অরেম্বদা বাদুনা কপ্লিবনো করিগী
নতারোইদি খিবীক্লা নোক্লরক্লে নহাকপু
বারৌচাউবী রাধে বারৌবিনু মাধবপু। ৫

ঈংলবা থম্বাল শয্যাদা য়েংউ ইতা হরিবু
মতৌ অসি য়েংদুনা মীৎস্না অনী পেলহল্লু ।
ৱারৌচাউবী রাধে ৱারৌবিনু মাধবপু । ৬

নপুক্লিংদা করিগী নীংবা কায়রি অদুক থীনা
হায়জরগে তাবিয়ু নঙবু মীরায়রুবদা মানা কয়াদবু ৱাখিবা ।
ৱারৌচাউবী রাধে ৱারৌবিনু মাধবপু । ৭

হরি লেঙলকখিসনু ৱাবু ঙাঙলখিসনু
নপুক্লিংদো করিগী অদুক তরক্লহল্লি ?
ৱারৌচাউবী রাধে ৱারৌবিনু মাধবপু । ৮

জয়দেবগী তাম্থা নাইরবা ঈশৈনা
হরিগী গুনবু তারিবা ভক্তশিংবু পেলহনসনু ।
ৱারৌচাউবী রাধে ৱারৌবিনু মাধবপু । ৯

মানা থোৎলগা নঙনা তমথি, মানা মেঙলগা নঙনা কল্লি
মানা নুংশিরগা নঙনা তুক্কৎচৈ, মানা নুংশিরগা নঙনা য়েংনিংদে
মানা ওনশিল্লগা নঙনা ওম্থোকই
নঙগী ওইওইনবা শাজৎনাওইহল্লে, কস্তুরী চন্দনবু হুগী মশক
ঈংলবা থাজ মঙালনা মৈশা ওনখরে, উন্না মৈবু ওইখরে
নুংশি লীলা হরাও-তয়াম্বা, নরক্কুম্না তমথিখ্রে । ১০

*"পুক্লিং লৈতাদ্রবা কৃষ্ণ" গীতগোবিন্দগী মাপলশুবা শরুক্কি ।*

# তরাশুবা শরুক

## হৈশিংলবা পান্থোম মরি

অহিং ওইরক্লবদা হরিনা চঙশিল্লকই রাধাগী নাক্তা
শাউরম্বসু ফখরে ব্বারুবগী মায়থোং লাংশিল্লম্লে রাধা ।
নোংঙাল্লকপদা য়েংজে ইকাইনা মতাগীদি মায়থোংদা
লকক্ লকক্ ঙাঙলকপদো থুম্লবা ব্বাহৈনা হবিনা । ১

(তরামাপলশুবা দঁশে - রাগ দেশবরাড়ীদা শকপা)

নঙনা ব্বা ঙাঙবিরবদি নঙগী য়াগী মঙান্না মেঙলবা থাবল ওইদুনা
অকিবগী মশক ওইরবা ঐগী শুক্র'বা অমম্ববু মাঙহল্লিনে তরাইনা
ঐগী মীৎম্না নোংইনবু চীনবান খোইহী পীথকপিয়ু নঙগী মায়থোং থাজনা ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন' ব্বাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্কুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ২

শাউরবদি নঙনা ঐবু, রাধা, নঙগী থৌর' খুজিলদুনা যুবিররো তেঞ্জে ওইনা
পুনশিনবিররো নপাম্বোম্না চীকপিরো ঐবু নয়াতোন্না
অপাম্বদু করিনো তৌবিরোনে ঐঙোল্দা ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন' ব্বাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্কুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৩

নঙদি ঐগী লৈতেংনি নঙনা ঐগী পুন্সিনি
হিংবা কৌবা ঈপাকসিদা নঙনা মণি মুক্তানি
ওইজগে নঙবু মতম পুম্বা হায়জরিনে থম্মোয়সিনা ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন' ব্রাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্নুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৪

নৌজরিবী রাধা, থরো' শংবা মাল্লবী মীৎস্না অদো শাউবদ'ই ওইথরে থরো অঙ্গংবা
নঙগী নুংশি তেন্না থম্মোয় ঈথক হৌহনখি বা
অমুবা কুচুসে য়েংউদো অপাম নুংশি ব্রাখন্না ঙাঙশিল্লক্লেদো ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন' ব্রাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্নুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৫

থবাক ঙানফম অনীদা হাইহুন্না শান্নরিবা মণি মুক্তা পরেংনা
থেনজুসনু নঙগী থম্মোয় লৈখা খোন্না লৈতানা
তুংয়ান শরীক তাম্বানা পীরকসনু নুংশি য়াথং ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন' ব্রাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্নুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৬

শাৎকায়রবা জুবাকুশুম মানবা নখোঙ থম্বাজনা ঐগী থম্মোয় মচু শঙলে
নুংশিরবা শকফম্না নুংশি চাংজৌ পাখরে হে রাধে খোম্নৌবী,
অঙাংবা কুমকুম মহীসিনা শঙলগে মচু খুয়া থম্বাল ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন' ব্রাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্নুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৭

নুংশি হুবু মাঙহনবা অনৌবা লৈগী পাংখক ওইবা
নখোঙ থম্বাল থম্বীরো ইকোকথক্তা ঐহাক্কী
কামগী মৈচাক খাঙঙমদ্রবা নুমিৎ ওইনা চাক্লিবা নখোঙসিনা কোকহনসনু ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন’ ব্রাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্কুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৮

চীংলেম্বা ব্রাহৈনা নুংশি ওইন থেমদুনা রাথিকাদা হায়রিবা মুরারীগী ব্রাহৈদা
চান্নরবী পদ্মাবতী পেন্ননবা শক্লি জয়দেব’ই ঈশৈনা ।
চান্নরবী রাধে ! থাদোক্লোনে ওইন’ ব্রাখল
নুংশি মৈনা চাক্লে থম্মোয়
চীনবান থম্বালগী খোইহী পীথক্কুনা কোকহনবীরো মৈচাক । ৯

ঐবু চিংনবিগনু ব্রারৌ চাউবী রাধা
মপুঙ ফারবা থাবোম্না কোয়দানবী তুংয়ান্না
থম্মোয় অসি কুপগ্রবনি লৈতে চংনফম অতোপ্পনা ।
ঙমগনিদো নুংশিবা কৌবা লাইদুতনা
ঐহাক্কী থম্মোয় কাচিন য়ৌশিনবা
নঙগী থাবোম অনীবু ঐনা কোঞ্জরবদা
পাঙথোকপিয়ু হৌনবা । ১০

পীবিয়ুনে দণ্ডি হে অপঙবী নঙনা !
চীকপিরো ঐবু তমথিবা য়ানা
পুনবিরো ঐবু পাম্বোম উরীনা
নোইহৎপিরো ফল্লবা থাবোম থম্বালনা
শাউগনবী রাধে শোঙ্করনু নুংঙাইবনা

নুংশিবগী তমথীন কল্ল’ তৈঞ্জে অদুনা
পুন্সি শক্তি ঐহাক্কী ঈংথহল্লো থাবিদুনা। ১১

বাহল্লেনে ঐবু শোল্লবী রাধে, অরেম্বদা নহাক্কা তুমিন লৈথোকখিবনা
নুংশিবা ঈশৈ শকউ নুংশি ঈপোম লাংনা
অৱাবসি কোকহনবিরো তনৌবী.’বেম্মা
নঙগী নুংশি মীৎয়েংনা !
নীংথিরবী রাধে, লৈথোক্কনু নীংঙাইদনা
থম্বীরনু লাপ্পা লৎনবিরনু ঐহাকপু
নঙতবু খোয়দাজবা
হে অপঙবী, ঐসে নঙগী চান্নবনি । ১২

চীনবান্নদি ইরংলং শরত ঋতু’ই লৈরাংগুম
খজাইনদি ইঙাং ঙাং খোইহী চেনবী শীংঙেলগুম
তমথিরবী রাধে, হেন্না লংলে নঙগী মীৎস্না
মুনরংবা থম্বালগুম ।
থোইদিং মপাল নাতোন্নি
কুন্দো অঙৌ’ য়াতোন্নি
লৈবু খুৎলাই ওইজবা কামনা নঙবু লাৎচবা
তাইবং পানবু ঙম্বনি । ১৩

নঙগী মীৎয়েং উইথরে মদলসাগী মতৌগুম
নঙগী মায়থোং ঙাংঙ্গানরে ইন্দুমতি মতৌগুম
নঙগী শাজৎ শাথেক্কা মনোরমাগুম শুমহৎলি
ফৈবোম  নঙগী ফজবী লফুনদি চৎকুম্বী
রম্ভাগুম্না নীংথিজে ।

নঙগী পাম্মু ঈখৌদি কলাবতী'ই লাইনীংনি
নঙগী পীশুম হায়রগা চিত্রলেখা'ই লীরিনি
তনৌরবী রাধে, নঙনা লৈমায়দা চৎপদি
স্বগগী লাইরেম্বীনা নীংথিজবা' দুমক্লি । ১৪

*"হৈ শিংলবা পাম্বোম মরি" গীতগোবিন্দগী তরাশুবা শরুক্লি ।*

# তরামাথোইশুবা শরুক

## থৌজালগী মশক ওইরবা গোবিন্দ

নৌজ নোঞ্জ ৱাঙাংনা থেমলন্নগা রাধাবু
সনা ফীগে অদুক শেং লাক্লে কেশব কুঞ্জদা
চেপ্পনবা শয্যাদা ।
মীতৌ য়েংবা মমীৎশিং মমহল্লবদা অহিংনা
ফিজোন্নরি রাধানা অরং অরাক লৈতেংনা
মতা'মনা মঙোন্দা থীল্লে চৎলো' হায়খবে । ১

(কুনশুবা ঈশৈ - ৱাগ বসন্তদা শকপা)

চীরোল হৈবা মহাক্না থেমজিল্লম্লে নহাকপু
তুজরম্লে মকোক নোন নখোঙ খুয়াখাদবু
নুংশি লীলা হৌনবা ঙাইহৌরিনে শয্যাদা
যমুনাগী তোর্ব্বান্দা উরী উনা মরক্তা ।
        মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
        মতুং ইল্লু, রাধিকা । ২

কোয়দানবা তুংয়ানশিং মপুঙ ফারবী থাবোমশিং ৱাবরিনি পুবদা
খোঙজি মখোল থোক্লবু চঙশিল্লুনে মনাক্তা
খোঙথাং মঙম শানগনি মখোল অদু তাবগা ।
        মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
        মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৩

নৌজরিবী মখোয়বু ওরং ওরং ওংদুনা
শুমহৎলিবা খোইমুগী খোইরাং খোঞ্জেল তাবিয়ু
নিংথৌরোলবু শকপগুম নুংশি মপাউ শক্লিবা
কোকিল শঙ্গু অসিবু নুংশি চান্ন তৌবিয়ু ।
মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৪

ঈংল' নুংশিং ঈপোমদা খুৎপু হায়বা মাল্লবা
ময়োল কুংনা চোংলবা উরী উনা মপৈনা
য়েং'গুম তৌরি ফৈবোমদা খোঙথাং কন্না থাংনবা
চৎখরোনে ইবেম্মা, কোয়চৎনরনু 'শ্বায়দা ।
মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৫

নঙোন্দবু পোক্লিবা কল্ল' নুংশি ঈশ্বলনা
হরি মানা নহাকপু কোল্লমাল্লে খলহল্লি
কোয়দানবা থাবোমদা হংউ য়াষ্টুরিবদো
নুংশি ময়াই মুক্তারা শেংল লাঈজ ঈরীক্লা !
মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৬

নতা ঐখোয় থিবীক্লা খঙই নঙগী হকচাংদো
নুংশি লানবু থেংননবা তমথিরবী রাধে শেম শারে হায়বদো
লানগী পুংজাও থীল্লক্লে নঙগী খ্বাঙগী শরীক্লা
মাগী ব্রাখল ফরিঙে উনরুরো ইকাইদ' ।
মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৭

নঙনা মাবু কোন্দুনা নুঙাই শান্নমিন্নবা
নখুৎ খুজিল ময়ামদো নুংশি তৈঞ্জে ঙাক্তনি
মখোল হৌর’ খৃজিশিং য়ৌরসনু মকাদা
হৌদোক্লুরো হরিবু চানবীনবা হায়জরু ।
মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৮

জয়দেব’ই ঈশৈনা হেল্লি ঙক্কী লীক্লাংদ’ই
শুমহৎনবী নুপীদ’ই
শ্রী হরিবু নীংজবা ভক্তশিংগী ঙকশমদা
হরি ভক্তি শৈরোলনা লৈরসনু লেঙদনা ।
মধুসূদন মহাক্তি কায়জদরি অপঙবী
মতুং ইল্লু, রাধিকা । ৯

অমম্বনা তিল্লবা নিকুঞ্জগী মনুংদা
চান্নথোইবা কৃষ্ণনা খল্লি নঙবু ঙাইদুনা
“রাধানা ঐবু য়েংগনি, নুংশি ৱারী লীরনি
ঐনা কোনবদা হরাওজরনি থম্মোয় মকা লামলরগনি ।”
নঙবু ঙাইরি চঙলক্লে হায়না খন্দুনা নুংঙাইনা
নীকই তু চুংই হুমাং কাংই উদ্রবদা ৱাইহ্নে । ১০

ইতা, নীংথিবী কাহেল্লবী নুপীশিংনা অমম্বদা
মখোয় মখোয়’ চান্নবশিং উনববু লাকপদা
কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা অহিংনা মখোয়’ মমীত্তা
অমুবা কাজল তৈবিরে নাপ্পদনা তমাল নাচোম
থাবোমশিংদা কস্তুরীনা উনাগী লৈরাং য়েকখরে । ১১

তমাল পাম্বী মনাগুম্না শুক্র মম্ন অহিংদা
কুমকুমগুম্না ঙৌরবী নুপীশিংনা ইরং লং
চান্নবগী মনাকতম চেনশিল্লকপা অদুদি
চাংয়েং নূংবু শেম্বনি নুংশি সনা চাংয়েংফম । ১২

লীক্লাং পরেং লংলবা থোল্লদুনা মুক্তাগী
যন্ত্র কয়া য়াম্দুনা খ্বাঙলীদুদা সনাগী
পাম্বোম ফাবী খুজিসু লৈতেংদুনা ইরং লং
ইবেম্মনা লেঙলকপদা কুঞ্জ পূমঙান ঙানখরে
মঙালদুদা উরক্লে হরিনা ঙাম্থোইরম্বদো
ইকায়দুনা রাধানা লেপখি চঙফম অদুদা
মতানদি হায়জখি চঙশিন্নবা মঙোন্দা । ১৩

(কুনমাথোইশুবা ঈশৈ - রাগ দেশববাড়ীদা শকপা)

নুংশিবা মশান্না পামদুনা নোক্লিবী
নীংথিবা কুঞ্জগী খাংপোকশঙ মনুংদা ইতা
চঙউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ১৪

পুঙলবা থাবোমদা মণিনা হাইরিবী
অঙাংবা উরী উনাগী শয্যাদা ইতা
চঙউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ১৫

থোংলবা হকচাংনা লৈগুম্না শাৎলিবী
লৈতনা লৈতেংবা লংলবা শয্যাদা ইতা
চঙউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ১৬

অপাম নুংশিগী শৈরোলবু শক্লিবী
চন্দনগী লৈনম্না শীল্লিবা কুঞ্জদা ইতা
চণ্ডউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ১৭

নুংশি ব্রাখলগী ঈপাক্তা লূপ্লিবী
লৈপাম্বা খোইমুনা ঙংলিবা কুঞ্জদা ইতা
চণ্ডউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ১৮

য়াতোনগী মণ্ডান্না মণিগুম ঙাল্লিবী
কোকিলগী খোঞ্জেলনা নিল্লিবা কুঞ্জদা ইতা ।
চণ্ডউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ১৯

নোয়রবা তুংয়ান্না নহাক্কী ওইরিবী;
অনৌবা উনানা কুপ্লবা শয্যাদা ইতা
চণ্ডউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ২০

পদ্মাগী পেন্নবা সেবাবু তৌজবা
জয়দেবনা শকচবা শৈরোলদি অসিদা
মুরাগী য়েক্লবা, মঙ্গলবু পীবিয়ু ।
চণ্ডউনে রাধে মাধবকী নাক্তা । ২১

মতম কুইনা মাবুতা নীংজদুনা লৈরকপনা
ব্রারবীনি মহাক্কী নুংশি মৈনা চাক্লবী
চীনবান থম্বাল অমৃত ঈথৌলাংনা ঙাইজবা
লৈতেংলসনু হৌজিক্তি হকচাং হকচাং শিন্ননা ।
নঙগী তথক মীৎয়েংনা নুংশি লাঙ্গোয় চনখ্রবী
খূয়া থম্বাল ননাইনি করি' কিবীরিবনো ? ২২

রাধিকাদি ইবেম্মা তথক তথক মীৎয়েংনা
মবুংঙোবু য়েংদুনা নূপুর খোঞ্জেল লোয়ননা
হরাও তুজুং য়ান্ননা কৃষ্ণ'ই নাক্তা চঙখরে। ২৩

(কুন্নীথোইশুবা ঈশৈ - রাগ বরাড়ীদা শকপা)

থানিল থাজ উবদা সমুদ্র' ঈথক হৌবগুম
ইবেম্মবু উবদা থম্মোয় ঈহুল পাথোক্লে ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ২৪

যমুনাগী ঈচেলদা অরংবা কোঙ্গোল কাবগুম
শান্নৈ হরি পায়দুনা মুক্তা পরেং থবাক্কী ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ২৫

নাপু মানবা লৈরীক্লা অশংবা থরো কোয়বগুম
থোংনা মুর হকচাংদা সনা ফীগেনা কোয়শিল্লি
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ২৬

অশিৎ অব্রাম্থাদা অশংবা থম্বাল মনুংদা খন্ত্রাংচাক চীল্লোক্লবগুম
হরিগী মায়থোং উবদা ঈনোৎ হাপখি রাধাগী অপাম নুংশি ঈহৌবু ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ২৭

থম্বাল মাল্ল' মায়থোংবু চুপচরিবা নাইন্না নুংশা মঙাল থক্তোক্লি
ঙাংশিল্লবা চীনবানগী মোমোন মীনোক অদুনা অপাম ঈথক হৌহল্লি ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ২৮

লৈচীল্লক্তা থাবলনা য়েৎশিনবগুম হরিগী শমদা লৈরাংশিং য়েৎখরে
পীশুমথক্কী চন্দন মমিনা অহিংগী থাবু ওইখরে ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ২৯

হরিগী হকচাং তুজুংখি রাধাগী ঈরাং উবদা
হীরাশিংনা লৈতেংখি চীংলেম্ল' হকচাংদা ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ৩০

জয়দেবনা লেংবা শৈরেংগী ৰাহেনা শরুক অনীবু হেঙ্গৎলি শ্রী কৃষ্ণ'ই লৈতেংবু
শ্রীহরি মহাকপু থম্মোয়নুংদা লাৎচৌনে মাগী থৌজাল ফংজৌনে ।
মাগী নুংশি ঈখৌনা হরি থম্মোয় য়ৌখরে
হরি' মায়থোং নীংথিবা হরাও শক্তম লাংখরে
নুংশিবগী লাইরেম্বী থম্মোয়নুংদা চঙখরে । ৩১

রাধাগী মীৎস্না অনীনা মীৎচি লম্বেল লাহোক্তুনা
নাপ্প তমগে হোৎনবদা ব্বারমাল্লে মীৎনহা ।
রাধা'ই মীৎস্না অনীনা চান্ন মীৎচানবদা
হরাও পিরাং শিল্পখি হুমাং ঈরিক শৌবগুম । ৩২

চান্নরবী সখীশিং নাকোঙ হোৎপা শাজিন্না
মোমোন মোমোন নোক্তুনা চেহ্নোক্লখরে ঙম্না।
চান্ন মায়খোং উবদা নুংশি লীচিংনা চিংদুনা
নীংথিরবী ইবেম্মা হরিগী শয্যাদা য়ৌখরে
ইকাইবা কৌবা অদুনা মদোম ইকাইজদুনা লাপ্পা থাপ্পা চৎখরে । ৩৩

*"ঘৌজালগী মশক ওইববা কৃষ্ণ" গীতগোবিন্দ গী তবামাথোইশুবা শকক্তি ।*

# তরানিথোইশুবা শরুক

## পেল্লবা পীতাম্বর

চৎথ্রবদা মতাশিং
খোয়রুম মোমোন্নরকই রাধিকাগী চীনবান্না ।
নুংশি কল্ল' মণ্ডলান্না শীংনরকই ইকাইবা
রাধা'ই পুক্লিং উবদা হায়জরকই হরিনা
উরী উনা ময়ায়া য়েন্নিং য়েন্নৌ কয়ানা
শেল্লল্লবা শয্যাদা মীৎয়েং থমজৈ রাধানা । ১

**(কুনহুমদোইশুবা ঈশৈ - রাগ বিভাসতা শকপা)**

নুংশিরবী রাধে ! থম্মু খুয়া থম্বাল খোঙফম থোৎল' লৈগী শয্যাদা
নঙগী থোৎল' নখোঙদা ঐগী উনা শয্যাসে মায়থীরে হায়বা খঙসনু ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ২

ঐগী ইখুৎ থম্বালনা নখোঙ সেবা তৌজগে ব্বাররিনি লাকপদা
থম্মু নঙগী খোঙজিসে নুমিৎকীদি মতৌগুম ঐগী শয্যা মথক্তা ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৩

নুংশিবসে লৌবিরো নঙগী মায়থোং থম্বালদ'ই চেম্বুরকসনু অমৃত
কায়ন মৈচাক কোক্লবা থবাক ফীগে লৌথোক্লগে অথিংববু পীরিবা।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৪

কোনশিনবগী নুংঙাইবনা তুজুংলবা থবাক্লি
নঙগী নীংথিবা থাবোম্বু হাপ্লিয়ুনে মসিদা কোকহনবিরো মৈচাকসে ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৫

কনবিয়ুনে ননাইবু চীনবান খোইহী পীথক্তুনা
পুক্লিং হকচাং অনীমক নুংশি মৈনা চাক্লবনি ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৬

রাধে, নঙগী খোঞ্জেলবু খ্বাংলী'মুক্তা পরেংনা য়ৈরসনু খোম্থাঙবু
কোকিল' য়াক্ল' খোঞ্জেলনা য়ৈশিল্লবা নাপ্পনি ঈংহনবীরো মদুনা ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৭

মরম চাদ' শাউরুবা নঙগী মীৎম্না অনীদো ইকাইরেদো ঐঙোন্দা
ঈখৌ লাংবা কোকপিরো য়েংবিরকউ অমুক্তা ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৮

মধুসূদন মহাক্কী হরাও খোম্থাঙ য়ৈজরি জয়দেবগী শৈরেং অসিনা
রস খঙবা ভক্তগী থম্মোয়দবু নুংঙাইবা ওইরসনু মসিনা ।
নারায়ণবু থাজবিরো নুংশিবীরো রাধিকা । ৯

নুংশি লীলা হৌরবদা
উৎচৈ রাধা ঈখৌ লাংবা
হরি' 'থক্তা লেঙখত্তুনা
খোঙদোকচরি মখৌনা
লাকশিঞ্জরি নুংশিনা ।
তুংয়ান অনী ঈংথগ্রে

পাম্বোম উরী শোল্লখ্রে
থাবোম থম্বাল নোমদুনা
মীৎস্না অনী উইশিনখ্রে ।
নুংশি লাংদা থুরবী
নুজাশিংনা করিগী
নুপা'ই শক্তি লৌদুনা
অসুক মায়বু পাক্লিবা ! ১০

নুংশি লীলা লোইরবদা
হরিনা পোখারকপদা
হায়জৈ রাধানা হরিদা
মাবু লৈতেংবীনবা
লাকশিঞ্জখি হরিবু । ১১

(কুনমরিশুবা ঈশৈ - রাগ রামকিরীদা শকপা)

যাদবশিংগী অথৌবা ঐগী থবাক চন্দনদগী নঙগী খুৎনা হেন্না ঈংই
নুংশি মঙ্গল ঘটকুম্বা অসিদবু কস্তুরীনা উনা অমা য়েকপিয়ু
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা । ১২

নুংশি তৈঞ্জে কাপ্লম্বা অমুবা কাজল লীরুংদো চুপথোকখরে নচীন্না
হে নুংশিথোইরবা, ঐগী মীৎস্না অসিদা খোইমুবু হেন্না মুরবা কাজল অদু তৈবিয়ু
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা । ১৩

য়াইকখোইবা ইবুংঙো মীৎস্না শক্তম্বা শজিনা চেনখিববু থিংনবা
নুংশি লীশাংগুল্লবা ঐগী নাপ্ল অনীদা কুণ্ডল নায়িন য়ানবিয়ু ।
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা । ১৪

চোইনা তাবা শম্লাংশিং শেমজিনবীয়ু নহাক্লা
ঐগী মায়থোং থম্বালদা খোইমুগুম্না তোংলিবা, নোক্লরনি সখীশিংনা
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা। ১৫

থাজ মঙালগুম্লবা ঐগী পীশুম মথক্তা থম্বিয়ু খুদমসে কস্তুরীনা
শেম্বিয়ু থাজ মায়হিংগুম হুমাং মরীক কংখরে।
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা। ১৬

হে কৃষ্ণ, থেৎপিয়ুনে লৈরাংশিং নুংশি লীলা শান্নবদা চাইথোকখ্রবা শম্লাংদা
ৱাহোং মতু ঙমজবা তন্দল শঙ্গু ওইহল্লু নুংশি পজেং ফীরাল ওইনবা।
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা। ১৭

নীংথিরবা চনীংসে অরুবা চীঙ্গোল মচানি নুংশি শাফু লোক্লবা
হে কৃষ্ণ, লাকশিল্লো হীরাগী খ্বাঙলী কৃপশিল্লো ফিজোল লৈতেংনা
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা। ১৮

জয়দেব'ই নীংথির' ৱারোলসে নুংশিবীয়ু থম্মোয়না
চিব' মতমসিদা হরিগী খুয়া অমৃতনি নীংশিংনা।
মাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লিবা যদু অথৌবা অদুদা হঙ্গৎচখি রাধানা। ১৯

"উনা য়েকপিয়ু ঐগী থাবোমদা
মচু তৈবিয়ু ঐগী খজাইদা
ঐগী তুংয়ান্দা খ্বাঙলী য়ানবিয়ু
লৈ থেৎপিয়ু ঐগী শমজিরক্তা
শিবিয়ু ঐগী খুদাংদা খুজি
হীরাগী খোঙজিনা ঐগী খুজেং'নীদা।"
নুংশিথোইবা সনা ফীগে থোনবনা
তৌজে হায়জ'পুম্ব রাধানা। ২০

ঈশৈদা হৈশিংজবা বিষ্ণুবু নীংজবা
অপাম নুংশি ঈরাংদা অশেংবা মীৎয়েং থমজবা
শৈরেংশিংদা উৎচবা চীংনলেম্বা মশান্না
ময়ামসিনা তাক্লিনে কবি গুরু ওইরিবা
জয়দেব'ই থৱায়না কৃষ্ণদবু তিনখরে ।
'গীতগোবিন্দ' শক্তুনা ভক্ত ওইবা মখোয়না
শেংদোক্লসনু সংসার 'সে । ২১

ভোজদেব কৌরবা ব্রাহ্মন্নদি পোকচবা
রামাদেবী' মজা ইবুংঙো জয়দেব কবিনা
ফোঙদোকচরি কবিগী শক্তি
'গীতগোবিন্দ' কৌবদা
মাগী শৈরেং অসিনা পরাশরনচিংলবা
ভক্ত ঋষি' লৈয়েংদা লৈজবদি ওইসনু । ২২




*"পেল্লবা পীতাম্বর" গীতগোবিন্দগী তরানিথোইশুবা শরুক্তি অমসুং অরোইবনি।*

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১. ☆ ময়াই কারবা শামু (ৱারীমচা), ১৯৮৯

২. হনুবা অমসুং সমুদ্র, ১৯৯১ (আর্নেস্ট হেমিংৱেগী উপন্যাস 'দ ওলদ মেন এন্দ দ সী' গী মণিপুরী অনুবাদ)

৩. ☆☆ ৱারী লী খুঙ্গুল লী, অহানবা ভোল্যুম, অঙাংগী সাহিত্য), ১৯৯১

৪. মালিকা মমা (ৱারী মচা), ১৯৯৩

৫. কায়রবা ঈশিং পুন, ১৯৯৫ (ওক্টাভিও পাজগী খোমজিনবা শৈরেংশিং)

৬. ☆☆☆ ৱারী লী খোঙ্গুল লী অনীশুবা ভোল্যুম (অঙাংগী সাহিত্য)

৭. যুগান্ত (রচনা), ১৯৯৭ ইরাবতী কার্বেনা ইবা 'যুগান্ত' গী মণিপুরী অনুবাদ) ফোঙবা সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লী

৮. জয়দেবগী গীতগোবিন্দ (মণিপুরী অনুবাদ)

---

☆ *মনিপুরী ষ্টেট কলা অকাদেমিগী ১৯৯০ গী সাহিত্যগী মনা অমসুং সাহিত্য অকাদেমি নিউ দিল্লী ১৯৯৪ গী সাহিত্যগী মনা ফঙখ্রবা।*

☆☆ *মণিপুরী সরকারগী ১৯৯২ গী অঙাংগী সাহিত্যগী মনা ফঙখ্রবা।*

☆☆☆ *এন: সি : ই: আর: টি: নিউ : দিল্লীগী ১৯৯৫ গী নেসনেল প্রাইজ ফঙখ্রবা।*

# যুগ সন্ধি

ভারতকী সাহিত্যদা নটরসকাব্য গীতগোবিন্দনা তাঙলবা ফিদা অমা লৌরি। ময়ায়ওইবা যুগ অমসুং হৌজিক্কী ভক্তি ঈচেলগী মরুওইবা ঈহৌরকফম অমা ওইরি। শরুক তরানিথোই থোক্লা খায়দোক্তুনা ঈশৈ কুনমরিনা রাধা কৃষ্ণ অনীগী প্রেমলীলা শীংথারি। নাটক মখল অমনি, রাগ কাব্য মওংগীনি। মাগুবতা, স্টেজদা অমসুং মওং কয়াদা জগোইগা লোয়ননা ঈশৈশিং অসি শক্লরি। শৈরেংশিং অসি পণ্ডিতশিংতা নৎতনা মীয়ামনসু য়াম্না পাম্লে। মীওইবগী থবায়না ঈশ্বরগী মফমদা চংজবগী ফজখ্রবা লম্বী অমনি হায়না লৌনৈ।

  

তরানিথোইশুবা শতাব্দীদা অরিবা সংস্কৃত কাব্যগী মতম লোইখ্রে। জয়দেবনা যুগ অমগী অরোইবা ঈশৈ শকপদা নৎতনা অনৌবা ভারতকী সাহিত্যদা 'ইমারোলগী যুগ (ভর্নাকুলার এজ)' অমগী য়াকায়রোলসু শক্লে। মরম অসিদগী জয়দেবনা যুগ অনীগী লোন্নবদা লৈরগা অরিবসু তাক্লি, অনৌবসু পুথোক্লি।

*সুনীতিকুমার চেটর্জী*



**সুলোচনা পব্লিকেসন্স**

শগোলবন্দ ইগুদম লৈরক, ইম্ফাল।